শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিগী

# শ্রীশ্রীগোবিন্দ লীলামৃতম্

( ২২ শুবা অমসুং ২৩ শুবা সর্গ )

( রাসকী শরুক )

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—

শ্রীহৈক্রুজম নবকান্ত সিংহ

শীংজমৈ ।




মণিপুরী নর্তনালয়

সোগাইজম লৈরক

ইম্ফাল ।

# শ্রীশ্রীগোবিন্দ লীলামৃতম্

( ২২ শুবা অমসুং ২৩ শুবা সর্গ )

( য়াসকী শরুক )

মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা—

শ্রীহৈক্রুজম নবকান্ত সিংহ

শীংজমৈ ।

মণিপুরী নর্তনালয়

সোগাইজম লৈরক

ইম্ফাল ।

ফোংদোকপা—
মণিপুরী নর্তনালয়
সৌগাইজম লৈরক, ইম্ফাল।




অহানবা ফোঙবা ১৯৭৮ ইং
কপী মশীং ১০০০

মমল লুপা ৫.০০

নমকম—
দি মণিপুর প্রিন্টর্স এণ্ড মেনুফেকচরর্স
থাঙ্গাল বাজার, ইম্ফাল।

# FOREWORD

As Manipuri Dancing is developed around Vaisnavism also, Gurus have religiously taken inspiration from the Vaisnavite texts like Bhaktiratnakar, Anandavrindavan Champu, Krishnabhavnaamritam, etc. written by the Vaisnavite scholars of Bengal. Govindaleelamritam written by Shri Krishnadas Kaviraj is one of the most important texts which deal with the Ashtakal Nityaleela of lord Krishna. The 22nd & 23rd chapters mainly deal with the Rasleelas. While going through these, I found in it many songs which are sung by the Gurus in the present Rasleelas as well as Nat sankirtan pala. The chapters also deal with Nritya, Geeta, Vadya and Tala in the performance of Rasleelas.

I am very grateful to Shri H. Nabakanta Singh, who has so kindly agreed to translate these two chapters into Manipuri.

I am also thankful to Manipur State Kala Akademi for assisting us to publish these two important chapters concerning Rasleela.

**Darshana Jhaveri**

**28th May 1978** Sect. **Manipuri** Nartanalaya

**Imphal.** **Imphal.**

# ৱাহৌদোক

শ্রীশ্রীগোবিন্দলীলামৃত কৌবা মহাগ্রন্থগী মৈতৈলোনদা হন্দোকপা হায়বা অসি ঐহাককী মরমদা অঙকপা থবক অমনি। মরমদি মহাগ্রন্থ অসি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অষ্টকালগী (মতম নিপালগী) লীলাবু নিংথিনা বর্ণনা তৌহনা, থোরাই ৱাওজরবা ভক্ত বৈষ্ণব খিবিকনা পুকনিংদা মতম অয়াম্বদা মাহুবু নিংশিংহনা লৈজরিবনি।

মাহুদি লাইরিকলেংবা শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা অরোইবা শরুক্তা হায়রি ঃ— শ্রীরূপ গোস্বামী পাদগী উৎলম্বা লম্বেলগী অমদি মহাকনা উৎলম্বা স্মরণ মঙ্গলগী মতুংইন্না শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রাতঃ (অয়ুক অঙনবা) পূর্ব্বাহ্ন (নুমিৎ য়ুংবা মমাং) মধ্যাহ্ন (নুমিৎ য়ুংবা মতম) অপরাহ্ন (নুমিৎ য়ুংবা মতুং) সায়াহ্ন (সন্ধ্যাগী মতম) প্রদোষ (অহিংগী অহানবা শরুক) মধ্যরাত্র (নোংয়াইগী মতম) নিশান্ত (অহিংগী অরোইবা শরুক) অসুম ওইনা মতম নিপালগী লীলা পুম্নমক ইজরে। ভক্তশিংনা মতিকচাবা হকচাং অমদি শ্রীগুরুদেবগী য়াথং মতুংইন্না সেবাগী মতিক চাবা সিদ্ধ দেহনা অমদি সাধন তৌবগী ফিবমদা পুক-নিংনা লীলা অসিগী আস্বাদন তৌজগনি ॥ ৯৪ অদুনা অসিগুম্বা প্রেমরসগী ইবেম্মা ইবুংঙোগী থুপলবা লীলা অসিবু মৈতৈলোনদা হন্দোকপা হায়বা অসি ঐনা কদৌঙৈদসু মংদসু খল্লম্বা নত্তে। করিনা হায়ববু প্রেমরসদা করিসু চংসিনদবা ঐনা করমনা অসিবু তৌগনি খল্লুগদগে। তৌইগুম্বসুং মীগী লাইবক হায়বা অসিসু অঙকপনি। নৃত্যকলাদা থোইদোকনা হৈশিংলবা গুরু শ্রীপুখ্রম্বম বিপিন সিংহনা মহাকাব্য অসিগী অরোইবগী ২২ অমসুং ২৩ শুবা সর্গ অসিগী মৈতৈ-লোনদা হন্দোকহল্লিংবা অদুদগী মাসি পাংথোকখিবা মরমনি। মাসি মক্তি ঐগী মরমদদি, ওস্তোকনা চাওথ্রবা কৃপানি, মরমদি প্রেমরসগী লীলাগী অমৃতগী ইপাক্তা নৈনরুবা ঐনা অমৃত অহুগী শরুক খজিক্তংদি ঐঙোন্দা পকফম থোকই।

ভক্তকবি শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা সংস্কৃত শ্লোকতা লেংবা মহাকাব্য অসি হন্দোকপা অদুদি পুকনিংদা কয়া পাম্মুদবনি। মরমদি স্কুলদা

চহি মরি ক্লাস সেভেনদগী টেন কাওবা থম্লাই য়াওনা তমজরক্তনা সংস্কৃত লোন অসি ফন খংজরবসু মৈতৈলোনদা হনদোকনবগী শ্লোককী অর্থ নৈনবদি ওইবা য়াবা নত্তে। মরম অসিনা থবক অসিদা হন-জানবগী মরম অমনি। মরম অদুনা বাঙ্গলা অনুবাদতগী মরু ওইনা লৌদুনা অমসুং করি করিগুম্বা মফমদা অম্রগা অমসুং মূল শ্লোককা চান্নদুনা থবক অসি পাংথোকচবনি। হন্দোকচবা অসি য়াম্রিবা মথৈ য়াহৈগী অর্থ চান্ননা তৌজবনি। করিগুম্বা মফমদা চাংদমনবদা ওস্লোকচবা য়াওরে, মাদুদি ২২ শুবা সর্গগী শ্লোক ৭০ দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগা লোইননা ইবেম্মা গোপীশিংগী মণ্ডলীগী ময়াইদা ভানবা অদুগী নিংথিজবা অদুগী শরুক খরদংগা থাগা বিশাখা নক্ষত্রগা লোইননা চক্রগী ময়াইদা ভানবগা মান্নৈ হায়বা য়াই। মাসি ঐনা ওন্ননা হায়জরবনি।

মরমদি মীগী মূর্ত্তি ওইরবসু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মা শ্রীরাধাগা লোইননা গোপীশিংগী মরক্তা ভানববু করি থোইদোকপা নত্তবা থানা বিশাখা নক্ষত্রগা লোইননা চক্রগী ময়াইদা ভানবগী মতৌওম্রনি হায়বা অসি ভক্তগী পুকনিংদা ভাবদা য়াম্না নুংঙাইতবা য়ানি, অদুনা ওস্লোকচবনি।

* অমরোমদা ভগবানগী বিশ্বরূপ হায়বা অসি করম তৌবগে হায়বা অদু মহাভারতকী ভগবদগীতা পর্ব্বাধ্যায়দা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা দিব্যচক্ষু পিবিরগা মহাককী ( ভগবানগী ) ওইথোকতবা যোগ অদু উহনবিরমই।

বিরাত পুরুষগী আত্মা ওইবা পূর্ণভগবাননা গোলোকতা অমদি ব্রজদা মর্ত্ত্যলোকতা ব্রজনিংথৌগী মচা ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা মায়াগী ইপাক্তা তাওদুনা লৈরবা মীশিংবু উদ্ধার তৌবিনবগী ( লানবিনবগী ) দমক মহাককী মখোং থম্লাল অদু কাউদনবগীদমক, মহাককী জীববু শুমহৎনবগী মশক ওইবা বাঁশীগী সুরনা কৌবিরি মায়াগী ইপাক্তা তাওদুনা লৈবা জীবনা লাইবক ফবদগী মাদু তাজরুরগা পোকপগী মহৈ য়াম্লি। মামগী ইথকনা য়ৈদুনা ইরাকনদুনা লুপলুরবা বিল্বমঙ্গল ঠাকুর ভক্তশিরোমণি ওইরদুনা,

---

* শ্রীকালিপ্রসন্নসিংহগী মহাভারত য়েংবিগনি।

লাইবক ফবা মীনা মহাককী খোংঙল লিজহনা পোকপগী মহৈ য়ানজরে। অমসুং মভাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্রীশ্রীরাসপঞ্চাধ্যায়গী অহানবা শ্লোক ঃ—

ভগবানপি তা রাত্রীঃ শারদোৎফুল্লমল্লিকাঃ।
বীক্ষ্যরন্তুং মনশ্চক্রে যোগমায়া মুপাশ্রিতঃ॥ ১

ভগবানসু শরৎকী মরমদগী মল্লিকানচিংবী লৈনা অহিংগী মতমদা নিংথীনা শাকাইবা উয়রহনা যোগমায়াগী মতেং লৌহনা শান্নপে নিংলে॥

পূর্ণ ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শান্ননিংবগী বা হায়রবনু করিনো সংসারগী মায়াদা লুপলবা জীবশিংবু চানবিহনা কনথিগে হায়রহনা শান্নবগী বাখল তৌবিরকই। কৃপাগী সমুদ্র ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মায়াদা লুপতুনা লৈবদগী জীববু কানবিগে হায়রহনা প্রেমগী মূর্ত্তিগী মশক ওইবী ব্রজগী গোপীশিংগা লোইননা জগোই শান্নে। গোপীশীরোমণি প্রেমগী গুরু শ্রীরাধানা রাসনৃত্যদা (জগোইদা) প্রেমগী ইথক হোৎন্দুনা, চান্নথোইবী ললিতা বিশাখা বৃন্দাসখীনচিংবী অথোইবী সখীশিংনা প্রেমগী শন্নজল মায়কৈ পুম্নমক্তা চাইরে। মাহগী মরিক অমতং ফংজবা মহাক অহ পোকপগী মহৈ য়াল্লে। অমুক য়াম্না লুপ্রবা অমসুং অমুক নিংথিবা প্রেমগী জগোইনি শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগী ইবেম্মশিংগা লোইননা শান্নবদি। লাইবক ফবা নিংথৌ মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র সিংহনা মণিপুরদা রাস কৎপা হৌথিবা মণিপুরগী মীয়াম ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। মচা ইবেম্মা শ্রীবিম্বাবতী দেবী কৃপা ফংথিহনা প্রেম ভক্তিদা পুকনিং লুপথিহনা, শীজ লাইওইবী হায়না ময়ামগী নিংশিংনফম ওইরি।

অহনা রাসনৃত্য হায়বা অসি মণিপুর অসিদদি চুমগী কুম্মৈ নত্তে, মাসি ঈশ্বরগী উপাসনাগী লম্বেল অমনি। কমাগুম্বনা মচা অহবু রাসদা গোপীনচিংবা শাহন্দুনা প্রেম ভক্তিগী লম্বেলদা মতেং পাংনবা হোৎনরি। অহনা অমুক য়াম্না লুপ্রবা অমসুং অমুক চাওপ্রবা শ্রীকৃষ্ণ উপাসনাগী থৌরাং রাসনৃত্য অসিনা নোংমা নোংমগী কলা বিদ্যাদা হেন্দোক থোইদোকপা মফম লৌরকলিবা অসিনি। চহি শরদংগী মমাংদা হায়রবদি

শ্রীমদ্ভাগবত দশম স্কন্ধগী ৪৭ শুবা অধ্যায় গোপীগী বিলাপতা ভক্ত-শিরোমণি উদ্ধবনা ভগবানদা প্রার্থনা তৌজবা অহ নিংশিংবিয়ু।

হৌজিক্কগী চহি তরারোমগী মনুংদা হায়গী কোনুং অসিগী দরবারু হোলদা ময়াম সভা ফমদা পাও অসি পিখি মাহুদি মণিপুরী জগোই অসি **classical** গী কাংবুদা য়ায়া নিংথিনা চল্লি হায়রমই। হৌজিক্তি মণিপুরগী রাসনৃত্য অসি ভারতকা ( নৃত্য—জগোই ) অচৌবা জগোই কাংবুগী মনুংদা অথোইব[illegible]অমা ওইনা চোংথোরকলিবা অসি খোইদোকনা অঙকপা রা বক্তে, অমদি মণিপুরগী জগোই অসি পিক্কম থোকপা মফম অদু পিররকপনি। মরম অদুনা জগোই অসিগী মতিক চাবা গুরুশিংনা অমসুং জগোই অসিবু লিংখিনা থৌগৎপিদুনা নৃত্য জগততা লংনা ঙালহনবশিং অদুবু পদ্মশ্রী অমসুং নৃত্যকলা **academic award** অসিনচিংবা উপাধিনা লৈতেংহল্লিবা অসি মাদুগী ওইফম থোকপা মরমনি। ঐথোয়গী লাইগুরুশিংনা পুক্কিং ইচম চম্না ঈশ্বর উপাসনাগী ভাবতা রাস কংচরম্বদগী মথক্কী অথোইবশিং অমসুং মথোয়গী লোইনবশিংনা য়ায়া নৈনদুনা জগোই অসিবু নৃত্য জগততা ফিবম অসিদা পুরকপগীদমক ঐথোয় পুম্নমকনা থাগৎফম থোকই।

মণিপুরগী রাসনৃত্যনা ভারতকী কলাগী মনুংদা কয়া য়ায়া নিংথীবা মফম লৌরকলিবা হায়বা অদু মথক্তা চাওরাকপা অমা উৎচখরে অমসুং অদুগা লোইননা পৃথিবীগী কলাজগতত্সু মহাককী মতিক চাবা ইকাই খুম্নবা অদু লাকলে।

শ্রীহৈক্রুজম নবকান্তসিংহ।

২৭। ৫। ৭৬

# শ্রীশ্রীগোবিন্দলীলামৃত।

## দ্বাবিংশঃ সর্গঃ।

তাবুৎকৌ লব্ধসঙ্গৌ বহুপরিচরণৈর্বৃন্দয়া রাধ্যমানৌ
প্রেষ্ঠালীভির্লসন্তৌ বিপিনবিহরণৈর্গানরাসাদিলাস্যৈঃ।
নানালীলানিতান্তৌ প্রণয়িসহচরীবৃন্দসংসেব্যমানৌ
রাধাকৃষ্ণৌ নিশায়াং সুকুসুমশয়নে প্রাপ্তনিদ্রৌ স্মরামি ॥১

বৃন্দা সবৃন্দাথ সহালিবৃন্দৌ
বৃন্দাবনেশাবনুনাথ্য নাথৌ।
তদালয়ালিন্দমনিন্দশোভং
পূর্ণেন্দুকান্ত্যুজ্জ্বলিতং নিনায় ॥ ২

---

প্রদোষকালগী ( অহিংগী অহানবা শরুককী) লীলাগী মতুংদা শ্রীরাধাগোবিন্দনা অমগা অমগা তিন্নরহুনা অমসুং চান্নথোইরবী সখীময়ামগা লোইননা, শ্রীবৃন্দাদেবীনা মখল মখা অয়াম্বা সেবাগা লোইননা পূজা তৌহুনা, মহুদি সখীশিং অসিগা বনবিহার ( বনদা শান্নবা ), ইশৈ অমসুং রাসগী জগোইনা চিংবনা য়াম্না চোকথরহুনা মুংশিরবী লোইনবী ( সহচরী ) শিংনা য়াম্না হুমাই থৌগল তৌহুনা অইংবা ইশিং, পানকা (তাম্বুল), পাদসম্বাহন (চরণসেবা) নচিংবনা থৌগল তৌরহুনা অহিংগী মতমদা কুসুম শয্যাদা ( লৈগী ফমুংদা) চেপখরে ; ঐনা অহুম ওইবা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু নিংশিংজরি ॥ ১ ॥

অহুগী মতুংদা শ্রীবৃন্দাদেবীনা মহাক্কী লোইনবীশিংগা লোইননা য়ুম অহুগী রত্নমন্দিরদগী নিংথিরবা অমসুং পূর্ণিমাগুম্না ঙাল্লবা

সা তত্র তৌ পুষ্পচিতান্তরায়াং
সুচীনবস্ত্রাস্তরণান্বিতায়াং ।
কলিন্দকন্যানীলশীতলায়াং
ভুবীবিশৎ কাঞ্চনবেদিকায়াং ॥ ৩
আবেশনাদালিগণোপনীতৈ-
র্বিচিত্রপুষ্পাভরণৈশ্চ মাল্যৈঃ
তাম্বুলগন্ধব্যজনৈঃ সুতোয়ৈঃ
সা তৌ নিজেশৌ সগণৌ সিষেবে ॥ ৪
তৎকাননং তাং রজনীং প্রিয়াস্তাঃ
কৃষ্ণাং চ তাং তৎপুলিনানি তানি ।
সমীক্ষ্য কৃষ্ণো হৃদি জাতয়াভবৎ
স প্রেরিতো রাসবিলাসবাঞ্ছয়া ॥ ৫
সগনোঽরণ্যবিহৃতিশ্চক্রভ্রমণনর্ত্তনং ।

---

শ্রীরাধাগী রত্নবেদীকাদা ( কুট্টিমদা ) সখীশিংগা লোইননা শ্রীবৃন্দা-বনগী মবুংঙো মবেম্মা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু হায়জত্তনা পুত্তনা চৎখরে ॥ ২

ময়াইদা লৈরোং হৎলবা, অথোংপা ফিনা কুপলবা অমসুং কলিন্দগী মচাহুপী যমুনাদা য়ৈরুবা সুংশিৎনা ইংহল্লবা সনাগী বেদিকাদা বৃন্দাদেবীনা লেংশিলহল্লে ॥ ৩

মতমসিদা নিংথিজবগী পুকৈদগী সখীশিংনা পুরকলবা লৈনা য়েকখোৎলবা ফি, মাল্য, তাম্বুল ( পানক্বা ) মনম সুংশিবা পোৎ, হুমাই অমসুং অইংবা ইশিং পুরক্কুনা মখোয়গী মবুংঙো মবেম্মা শ্রীরাধাকৃষ্ণদা কৎশিনজরে ॥ ৪

অসোমদা শ্রীকৃষ্ণনা অতুপুম্বা অহিং, সুংশিথোইবীশিং অমসুং যমুনাগী তোর্বান উবদা মশাদগী থোরুকপা রাসলীলা শান্নবগী পাম্বা অহ পুকনিংদা নিংলকলে ॥ ৫

---

বেদিকা রাংখৎতুনা লৈত্তেম মামুনা লেপ্পা মফম

হল্লীসকং যুগ্মনৃত্যং তাণ্ডবং লাস্যমেকতঃ ॥ ৬
তত্তৎপ্রবন্ধগানঞ্চ সন্নৃত্যং রতিনর্ম্মণী।
জলখেলেত্যমুন্যেষ রাসাঙ্গানি ব্যধাৎ ক্রমাৎ ॥ ৭
বাত্স্যায়মহস্ত ॥

জ্যোৎস্নোজ্জ্বলং মন্দসমীরবেল্লিতং
প্রসন্নমোদ্দীপ্তবসন্তজৃম্ভিতং।
নৃত্যন্ময়ূরং পিকভৃঙ্গনাদিতং
বনং সমীক্ষ্যাত্র বিহর্ত্তুমৈচ্ছৎ ॥ ৮
বংশীগানেন তাস্বেষ জ্ঞাপয়ামাস বাঞ্ছিতং।
তন্নাম্নৈবানুগানেন স তাভিশ্চানুমোদিতঃ ॥ ৯

---

অমসুং বনবিহার (বনদা শান্নবা), পরেং নাইনা কোইবা (মণ্ডলীবন্ধনদা কোইবা) জগোইশাবা, নুপীশিংনা কোইনা জগোই শাবা ( হল্লীসক ) নুপী নিপানা পুন্না অনি অনি শাবা ( যুগ্মনৃত্য ) তাণ্ডব জগোই ( নুপাগী ) নুপীগী জগোই ( লাস্য ) অমমম জগোই শাব, সখীশিংনা লেংবা প্রবন্ধগান, জগোই, রতি (কামগী ভাবকী) পরিহাস ( করেম কথাইনবা ), জলকেলি ( ইশিংদা শান্নবা ), অসিনচিংবা রাসলীলাগী মথল মথা অয়াম্বা শরুকশিং অহু শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মশিংগা লোইননা মথং মথং পাংথোকলমই ॥ ৬—৭ ॥

অহুদগী থাবলনা লংলবা, তপল তপলবা নুংশিৎনা ইরেং লেংলবা, শ্রীকৃষ্ণ মহাককী থৌগলগী দমক, বসন্তনা থৌগৎলবা রাহোংগী জগোইগা লোইনরবা অমমুং কোকিল অমসুং খোইমুগী খোনজেলনা নিললবা বন উরুরগা শ্রীকৃষ্ণনা মাহুদা শান্নগে নিংলে ॥ ৮ ॥

অহুগী মহুংদা শ্রীকৃষ্ণনা বংশী খোংহুনা মহাককী নিংবা অহু

---

প্রবন্ধগান মখুং ফাবা ইশৈ পরেং অমা

কাননে সুধাংসুকান্তিসুভ্রমঞ্জুবিগ্রহে-
পুষ্পিতে সমস্তমাত্ত যে প্রিয়ালিবর্গ হে
রস্তমত্র বাঞ্ছিতানি চিত্তবৃত্তিরুদ্বহে-
দেবমত্ত কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কান্তহে ॥ ১০
উত্থিতঃ স্বরমণীগনসঙ্গী বৃন্দয়াপ্যনুগতোমৃদুগায়ন্।
প্রত্যগং প্রতিলতংপ্রতিকুঞ্জং প্রদক্ষিণতয়া ভ্রমতিস্ম ॥ ১১
মৃদুমলয়ানিলৈর্জিতলতাতরুপত্রচয়ং
সুমধুরপঞ্চমধ্বনিকলাচনকোকিলকং।
ধ্বনদলিবর্হিণং প্রণয়িনীগণগীতগুণো
বনমবগাহ্য তং স রমতে হরিরত্র মুদা ॥ ১২

---

ফোংদোকলে অমসুং গোপীশিংসু পাওখুমগী মশক ওইনা শ্রীকৃষ্ণ নাম য়াওবা ইশৈ শক্তুনা মখোয়গী য়ানিংবা অচ ফোংদোকলে ॥৯

হে মুংশিবী লোইনবীশিং! ঙসি বন অসিদা নখোয়গা লোননা লৈবা অসিদা ঐগী পুকনিং অসি মথল মথা অয়াম্বা অপাম্ববু পুত্থনা লৈরে, মরমদি মতম অসিদা উ অমসুং উরীনচিংবগী মুক্তি অসি থাগী থাবলনা ইঙৌ ঙৌনা পুকনিং হুবগী মশক ওইখরে। শ্রীকৃষ্ণগী রা অসি তারহুনা সখীশিংনা পুকনিং হরাওনা হায়রমই, হে কৃষ্ণ! হে ইবুংঙো হায়রিরা অচু ওইরসহু ॥ ১০

গোপীশিংগী অসিগুম্বা অসি তারহুনা বৃন্দাদেবীনা ভুংইল্লহুনা মহাককী লোইনবীশিংগা লোইননা হৌগৎলহুনা তপল তপলবা খোনজেলনা ইশৈ শকলহুনা উ থুদিং উরী থুদিং অমসুং কুঞ্জ থুদিংদা য়েৎলোই য়েৎলোইনা কোইবা হৌরকলে ॥ ১১

মুংশিবীশিংনা কৃষ্ণগী গুণ অচু শকলকলবদা শ্রীকৃষ্ণনা বনদা চংথিহুনা, হরাওনা শানরকলে অমসুং শান্নবা অচুদা বন অসিগী উশিংগী মনাশিং অচু তপল তপলবা মলয়া মুংশিংনা হাইবা

মূর্চ্ছোত্থিতা ইব পুনর্নবতামিবাপ্তাঃ
স্নাতা ইবামৃতরসৈর্মধুচিত্রিতা বা।
বৃন্দাবনে তরুলতামৃগপক্ষিভৃঙ্গা
আসন্ হরের্বনবিহারবিলোকহর্ষাৎ ॥১৩

কৃত্বাগ্রে দ্বিজমৃগচঞ্চরীকবৃন্দং
কৃষ্ণেক্ষোৎসুকমটবী প্রহর্ষিণীয়ং।
চন্দ্রাংশুকরবলিতা মরুচ্চলায়া-
দায়ান্তং ত্বরিতমিবাভ্যুপৈতি কৃষ্ণং ॥১৪

গৌরাঙ্গীণাং বপুঃ কান্তিমিলিতেন্দুরুচা বনং।
বিলিপ্তং ভাতি ধৌতং বা জলেন কলধৌতয়োঃ ॥১৫

---

হৌরকলে, নুংশিরবা পঞ্চম স্বর শকপদা ফাওরবা কোকিল, খোইমু অমস্নুং রাহোংশিংনা মাগী মাগী স্বরদা শকলকলে॥১২

মূর্চ্ছাদগী হৌগৎলকপদা মী পুন্নমক ইনৌ নৌবা মতৌ ওই, অমৃত রসতা ইরুজরুরগা অমদি বসন্ত ঋতুনা মী পুন্নমকপু অত্থুগুম্বা মখল মখাগী ফিবমদা নিংথিহনবা, অত্থুগুম্বা বৃন্দাবনগী উ, উরী, শা উচেক অমস্নুং খোইমুনচিংবা পুন্নমক অহানবদা কৃষ্ণ কাইনবদগী ময়াংকংবা নাবা অসিনচিংবা অসিনা শোন্দুনা লৈরমই মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী বনবিহার ( বনদা শান্নবা ) উবদগী হরাওবগা লোইননা য়াম্না নুংঙাইবা ফংলে ॥ ১৩

মতম অত্থুদা বন অত্থু থাগী মঙালনা লংলবা, নুংশিৎ ইচেলনা নিকলবা অমস্নুং শ্রীকৃষ্ণ উবদা পুকনিং মকা ক্লহনা, উচেক শজি অমস্নুং খোইমুশিংবু মাংদা থারহনা মনাক্তা লাকলবা শ্রীকৃষ্ণবু তরাম তরাম ওক্লে ॥ ১৪

মতমসীদা অঙৌবী ব্রজগী নিংথিবীশিংগী হকচাংগী মঙালগা তিন্নবা থাগী মঙোলদা বননা পুমলুপ লুপথিবা উহনা থল্লমই

শ্রীরাধিকাঙ্গদ্যুতিবৃন্দসঙ্গমাৎ
কৃষ্ণাঙ্গচঞ্চৎত্ব্যতয়ো বিরেজিরে।
সুধাংশুমূর্ত্তের্দ্যুতি পুঞ্জরঞ্জিতা-
শ্চলত্তমালাগদলালয়ো যথা ॥১৬

স্বাগতাঃ স্থ সুখিনঃ খগা! মৃগাঃ!
শর্ম্ম বো লসতি কিং নগা! লতাঃ!
ভব্যমব্যবহিতং মধুপা! ব-
স্তানপৃচ্ছদখিলানিতি কৃষ্ণঃ ॥১৭

কিশলয়করভাক্ সুপুষ্পিতাগ্রা
মধুপপিকালিনিনাদমঞ্জুগানা।
পবনগুরুবিচালিতাটবীয়ং
হরিমবলোক্য ননর্ত্ত নর্ত্তকীব ॥১৮

---

মহুদি লুপা অমসুং সনামহিদা চামথোকখিবদোনা নিংথিনা ঙাম্থোইরি ॥১৫

থাবল ফবা অহিংদা তনিক তনিকপা তমাল মনানা থোরক-লিবা থাগী মঙালনা লৈতেংলহনা নিংথিজরি, অসুম তৌহনা শ্রীকৃষ্ণগী তনিক তনিকপা হকচাংগী মঙালগা শ্রীরাধাগী অঙৌবা মঙালগা তিন্নহনা ঙানথোইরম্মি ॥১৬

হে উচেকশিং! নংথোইনা নুংঙাইনা লৈরিবরা? হে-উশিং! হে-উরীশিং! নংথোই মঙ্গল ওইরিনি? শ্রীকৃষ্ণনা অসুম তৌহনা বনদা লৈবা পুন্নমকপু য়াইফবা পাও হংলমই ॥১৭

অমরোমদা বন অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা নর্ত্তকীগী (জগোই শাবীগী) মতৌগুম্না জগোই শারকলে, নর্ত্তকীগী মশাগী ধর্ম্মদি অসিনি মাহুদি মাগী মমাংদা শাকাইরবা লৈ লৈরিবশিং অহু মখোয়গী মনা, মশা (চরোং) খোই অমসুং খোইমুশিং পুন্নমকী খোনজেল অহুনা পুবনিং হুরবা ইশৈ ওইখরে অমসুং নুংশিংনা

রাধাকৃষ্ণাবনুচলতোঽসংখ্যান্ ভৃঙ্গান্
শ্রান্তান মত্বা পায়য়িতুমিব স্বং মাধবীকং।
বাতালীবেল্লৎকিশলয়হস্তেনোৎফুল্লা
শশ্বৎ প্রেমার্দ্রা হ্বয়তি মুদা বাসন্তীয়ং ॥১৯
নিজকুলধর্ম্মমপোহ্য গোপিকা
সুখয়তি কৃষ্ণমিতীব শিক্ষয়া।
অপি সুরভৌ স্ফুটিতাথ তন্মুদে
তমলিরুতৈরিহ নৌতি মালতী ॥২০
চঞ্চন্মত্তভ্রমরবিলসিতাপাঙ্গালোকা কুসুমবিহসিতা।
নৃত্যন্তীবানিলচলবপুষা মল্লীবল্লী হরিমুদমতনোৎ ॥২১

---

নিংথিনা হাই হুম্বা অসিদা মশানা লেংবা অতুনা খুৎ-খোংগী লেংবগী মতৌ শুইখরে ॥১৮

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মাইকৈ পুন্নমক্তা চৎপা হকচাংগী সুংশিরবা মনমনা ( মনম ফংবদগী ) চোকথরবা হায়বদি পেল্লবা খোইমুশিং উত্থুনা মাধবী লতানা প্রেমগী ইরানা চোৎলত্থুনা অমসুং পুকনিং মকা ফল্লত্থুনা মহাক্কী লৈহী চুপহন্নবগীদমক সুংশিংনা হুম্বা মনাগী মশক ওইবা মথুৎনা মখোয়বু কৌরি ॥১৯

গোপীশিংনা মখোয়গী কুলধর্ম্ম থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু সুংঙাইবা পিরি, মালতীলতানা অসিগুম্বা জ্ঞান অসি ফংলত্থুনা মাত্থুদি বসন্তগী মতমদা শাকাইরত্থুনা শ্রীকৃষ্ণগী সুংঙাইনবগীদমক খোইমুগী খোন-জেলনা শ্রীকৃষ্ণগী স্তুতি তৌরি ॥২০

অমদি তফিং তফিংবা ময়াইক্কাবা খোইমুনা মিৎচিনা য়েংবা গুম্বা অমসুং লৈশিংনা মহাককী নোকপা ওইবা অত্থুগুম্বা মল্লিকা উরীনা সুংশিংনা হুম্বদগী মশা তফিং তফিংনা জগোই শাত্থুনা শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্না সুংঙাইবা অত্থু শন্দোকলি ॥২১

স্বসবিধময়িতং বীক্ষ্য কৃষ্ণং লতালী
প্রমুদিতবিহগধ্বাননান্দীমুখীয়ং।
মলয়জপবনোল্লালসৎপল্লবৈর্জং-
করবিবৃতনয়ৈ নৃ'ত্যতীব প্রমোদাৎ ॥২২
প্রণয়তি কুঞ্জাবলিরপি গুঞ্জা-
ততিকৃতচিত্রা কুসুমবিচিত্রা।
নবদলতল্পাহৃত্যলিপিকজল্পা
সদয়িতকৃষ্ণাদিকহৃদি তৃষ্ণাঃ ॥২৩
রাধাশম্পালিঙ্গিতদেহে হমৃতবর্ষে
মন্দ্রধ্বানে কৃষ্ণপয়োদে স্ফুরিতেহগ্রে।
কেকাধ্বানৈরুন্নতপিচ্ছৈঃ শিখিনীভি-
নৃ'ত্যত্যারাম্মত্তময়ূরাবলিরুচ্চৈঃ ॥২৪

---

উরীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মনাক্তা লাকপা উত্তুনা শাকাইরবা উরী-শিংদা উচেকশিংগী খোনজেল অত্তুনা নান্দী অমদি নাট্য হৌগৎ-লকপদা মঙ্গল পাউগী মতৌগুম ওইরকলে অমসুং মলয়া নুংশিৎকী ইচেল্লনা মকাফল্লবা পল্লব (উনা অনৌবা) বু লেংহনলতুনা পান্থোমগী মশক ওইনা লৌরতুনা য়াম্না হরাওনা জগোই শারকলে ॥২২

মাতুদি কুঞ্জপরেং অমসুং গুঞ্জা ময়ামনা নিংথিনা য়েকখোৎপগী মরোংদা লৈতেংলবা অমসুং লৈনা মরক মরক্তা লৈতুনা য়েকপগী মরোংদা লৈতেংলবা অনৌবগী মশক ওইবা শয্যানা (ফমুংনা) লেংতুনা লৈতুনা খোইমুশিংগী নিংথিনা ঙংবা অত্তুনা চান্নথোইবীগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণগী অমসুং অতৈ সখীশিংগী পুকনিংদা য়াম্না খৌরাংবা পোকহল্লে ॥২৩

অত্তুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা লৈচিলনা মাংদা শ্রীরাধাগী মশক ওইবী নোংথাংনা কোল্লতুনা লাওরবা খোনজেলদা

ধ্বনদলিবিহগং শীতবাতেরিতং
পরিণতফলযুক্ চন্দ্রিকারঞ্জিতং।
বিকচকুসুমসৎসৌরভং শ্রীহরে-
র্বনমিদমতনোদিন্দ্রিয়ানাং মুদং ॥২৫॥

অথ দরফুল্লমশোকলতাস্তবকযুগং বৃষভানুসুতা।
স্বয়মবচিত্য হরেঃ শ্রবসোশ্চপলকরেণ দধৌ সুমুখী ॥২৬॥

তদনু চ চলিতা স্বয়ং হরিণাহপ্যসৌ
প্রণয়কলহে সদাপ্যপরাজিতা।
তদপি সচ তৎকরাদপহৃত্য তৎ
স্তবকযুগলং প্রিয়াশ্রবসো র্ন্যধাৎ ॥২৭॥

---

অমসুং মরক মরক্তা ওাম্বোরকপগা লোইননা অমৃত খিকলকপা অমদি রাগনচিংবা লাওরকপা অতুদা মমৈ থাংগৎপা (উন্নতাপিঞ্জ) রাহোংশিংনা কেকা খোজেলনা খোংলকতুনা রাহোং অমোমশিংগী মনাক্তা চৎতুনা জগোই শারকলে ॥২৪॥

মতম অতুদা অসিগুম্বা বন খোইমু অমসুং উচেকশিংগী খোনজেল, অইংবা নুংশিং, অমুনবা উহৈ অমসুং থাগী মঙালনা লংলবা অমসুং শাকাইরবা লৈগী মনমগা লোইননা পুম্নমক অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনবা শিনখরে ॥২৫

অতুগী মতুংদা বৃষভানুগী মচা ইবেম্মা শ্রীরাধিকানা অশোক লতাগী পুমবুম শাকাইরবা চরোং অনি মশামকনা হেকলগা ভাবনা থুমহৎখিতুনা তফিং তফিংবা খুৎনা শ্রীকৃষ্ণগী নাকোং অনিদা থেৎলে ॥২৬

অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী নাকোংদা থেৎনবগীদমক অশোককী চরোং অনি হেককে হায়তুনা চৎলবদা শ্রীরাধাসু মহাক্তা লোইননা চৎলে, নুংশিবগী থৎনবদা মতম পুম্নমক্তা শ্রীরাধাগী য়

স্বকণ্ঠীভিঃ কণ্ঠীরবমধুরমধ্যাভিরভিতঃ
কলং গায়ন্তীভিঃ সরসমনুগীতামলগুণঃ।
স্পৃশন্নঙ্গান্যাসাং স্তবককুসুমাস্তর্পণমিষা-
দকুণ্ঠামুৎকণ্ঠাং নিভৃতরভয়েহবর্দ্ধয়দয়ং ॥২৮॥
কিলকিঞ্চিতবিব্বোকবিলাসললিতাদিকৈঃ।
কৃষ্ণস্তা ভূষিতাশ্চক্রে স্বসঙ্গাভ্তাবভূষণৈঃ ॥২৯॥
স্ববর্ণিতাভি র্বল্লীভিরলিধ্বনিমিষাদসৌ
অণুগীতোহনন্দয়ত্তাঃ পুষ্পাদানমিষাৎ স্পৃশন্ ॥৩০॥

---

ওই হায়ববু, অদুম ওইনমক শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মা হুংশিবী শ্রীরাধাগী থুৎতগী চরোং অনি অদু মুনহুনা লৌরগা ইবেম্মগী নাকোং অনিদা থেৎলে ॥২৭

অদুগী মতুংদা কণ্ঠীরব অমদি নোংশাগা মান্নবা খাং-চেংবী, খোনজেল ফবী অমসুং রাঙাং হুংশিবী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মক্রুবা গুণবু শক্তুনা লৈরকলবদা, মখোয়গী মশা-মউবু শ্রীকৃষ্ণনা শোকলহুনা, লৈ অমসুং চরোং পিবগী মতোদা মহাক্কা মখোয়গী অচিকপদা শান্ননিংনবগীদমক মখোয়গী রাম্না লাংতকনবা অদু হেনগৎহল্লে ॥২৮

শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংগা শোকনবদগী কিলকিঞ্চিত, বিব্বোক অমসুং ললিতনচিংবা গোপীশিংগী হকচাংদগী থোকলকপা ভাব ফিবম অমসুং লৈতেংশিংনা মখোয়বু লৈতেংহল্লে ॥২৯

শ্রীকৃষ্ণনা বর্ণনা তৌথিবা উরীশিংগী মথক্তা লৈবা খোইমুশিংগী খোনজেলগা মরি লৈনবা শ্রীকৃষ্ণনা ইশৈ শক্তুনা লৈ হেকপগী মরোং ওইনা শোক্তুনা মখোয় অদুবু নুংঙাইহল্লে ॥৩০

---

শ্রীকৃষ্ণগা শোকনবদগী ইবেম্মগী মতম অমতদা নাপন, পামশিনবা, কপ্পা নোকলিংবনচিংবা তরেৎ পুল্লপ থোরকপবু কিলকিঞ্চিত। বিব্বোক—

যদযজ্জগৌ চন্দ্রলতাদিকং হরি-
স্তেনৈব পশ্চাৎ প্রিয়য়া যুতং হরিং।
বর্ণার্থয়োঃ কাপি বিপর্য্যয়েণ তাঃ
কৃষ্ণস্য নাম্নাহনুজগুঃ ক চালয়ঃ ॥৩১॥
জগদাহ্লাদকশীলঃ প্রমদাহৃদি বর্দ্ধিতমনসিজপীলঃ।
রাধানুরাধিকান্তর্বিলসন্ শুশুভে কলানিধিঃ সোঽয়ং ॥৩২॥
জগদাহ্লাদকশীলঃ প্রমদাহৃদি বর্দ্ধিতমনসিজপীলঃ।
রাধানুরাধিকান্ত র্বিলসন্ শুশুভে কলানিধিঃ সোঽয়ং ॥৩৩॥

---

করিগুম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা বর্ণ শব্দ স্বর তাল মান গ্রাম মূর্চ্ছনা নচিংবগা লোইননা করি করিগুম্বা ইশৈ শকলকপা মতম অতুদা সখীশিংনা হুংশিবীগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণবু তমলহুনা বর্ণ অমসুং অর্থবু ওল্হোকলহনা শ্রীকৃষ্ণগী মিংদা ইশৈ শকলমই ॥৩১

শ্রীকৃষ্ণনা অহানবদা অসুমতৌনা ইশৈ শকলবা তুংদা, হায়বদি মহাককী মরমচৎতি জগৎপু নুংঙাইহনবদা য়াম্না হৈশিংবা, মহাকনা ইবেম্মা গোপীশিংগী মপুকনিংদা কামগী মৈচাক অহু হেনগৎহল্লি, মাহুদি কারিগী মতৌ ওইবগে হায়ববু রাধা অমসুং অনুরাধা কৌবা থরানমিচাককী মরক্তা কলা মপুং ফারবা থানা ঙাল্হোইবা অহু শ্রীকৃষ্ণগী মতমহুগী নিংথিবগী মতৌ থরনি হায়বা য়াই ॥৩২

গোপীশিংসু শ্লোক অনিদা ইশৈ শকলমই ; মাহুদি মহাককী মতৌদি জগৎপু নুংঙাইহনবদা য়াম্না পামশিনবা, মহাক অহুনা ইবেম্মশিংগী কামগী মৈচাক হেনগৎহনবা, অহুম ওইবা রাধা অমসুং

---

অপাম্বা হিরমদা, নাপন অমসুং ওইনবদগী থোঙইদবা উৎপা। ললিতম— অহুগুম্বা লেং ওৎপগী ফিবমদগী হকচাংগী শরুকশিংগী য়াম্না থোং-মেংবা অমসুং পিশুমগী নিংথিনা লেংহুনা শান্নবগী মতৌশিং অহুবু থংনৈ।

সম্মালত্যামস্ত্যাং মালত্যাং মালতীভিঃ ফুল্লাভিঃ।
সংবেষ্টিত ইহ পরিতঃ পুন্নাগোঽয়ং বিরাজতে গহনে ॥৩৪॥
সম্মালত্যামস্ত্যাং মালত্যাং মালতীভিঃ ফুল্লাভিঃ।
সংবেষ্টিত ইহ পরিতঃ পুন্নাগোঽয়ং বিরাজতে গহনে ॥৩৫॥
মাধবালিঙ্গিতা মাধবী ভ্রাজতে
মাধবশ্চানয়া ফুল্লয়া রাজতে।
বিশ্বমপ্যেতয়োঃ সঙ্গমানন্দত-
শ্চক্ষুষী নন্দয়ন্ মোদতে সর্ব্বতঃ ॥৩৬॥
মাধবালিঙ্গিতা মাধবী ভ্রাজতে
মাধবশ্চানয়া ফুল্লয়া রাজতে।

---

অনুরাধা হায়বদি শ্রীরাধা অমসুং ললিতাগী ময়াইদা লৈবা কলাগী মবুংঙো অমদি বিলাস-বিদগ্ধনচিংবা কলা পুম্নমককী লৈকম ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ঙাংম্নোইরি ॥৩৩

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রমই, নিংথিরবী মালতী অমদি থাবলনা ইরং লংলবী মালতী অমদি মালতী কৌবী উরীনা য়েৎতুনা পুন্নাগ অমদি নাগেশ্বর পাম্বীনা বন অসিদা ঙাংম্নোইরি ॥৩৪

গোপীশিংনা হায়রমই, নিংথিরবী মালতী থাবলনা লৈতেংলবী, অসুম ওইরবা মালতীশিংনা অমদি অহিংদা মকা লামনা শাকাইরবী মালতীশিংনা অমদি নায়িকাশিংনা ইকোই কোইনা থৌগল তৌদুনা পুন্নাগ অমদি পুরুষ অথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা ঙানথোইরি ॥৩৫

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রমই, মাধবী উরীনা মাধব হায়বদি বসন্তনা আলিঙ্গন তৌদুনা নিংথিজরি অমসুং মাধবীনা কোন্দুনা লৈবা মাধবসু ঙাংম্নোইরি। অমদি মথোয় অনিগী তিন্নবগী হুংঙাইবা অদুনা ব্রহ্মাণ্ড অসিমক মাদুদি মিৎ অসিবু হুংঙাইবা পিদুনা ঙাংম্নোইরি ॥৩৬

বিশ্বমপ্যেতয়োঃ সঙ্গমানন্দত-
শ্চক্ষুষী নন্দয়ন্ মোদতে সর্ব্বতঃ ॥ ৩৭ ॥
সংফুল্লা সংফুল্লোমিলনাদ্মিথ ইহ বনে সদালীনাং।
কাঞ্চনবল্লী চাসৌ সুখদা তাপিঞ্ছমৌলিশ্চ ॥ ৩৮ ॥
সংফুল্লো সংফুল্লো মিলনাদ্মিথ ইহ বনে সদালীনাং।
কাঞ্চনবল্লীচাসৌ সুখদা তাপিঞ্ছমৌলিশ্চ ॥ ৩৯ ॥
শংসন্নিব মদনাজ্ঞাং মদয়ন্ হৃদয়ং কলং গায়ন্।
নবপদ্মিনীষু রাত্রৌ বিলসতি মধুসূদনশ্চিত্রং ॥ ৪০ ॥
শংসন্নিব মদনাজ্ঞাং মদয়ন্ হৃদয়ং কলং গায়ন্।
নবপদ্মিনীষু রাত্রৌ বিলসতি মধুসূদনশ্চিত্রং ॥ ৪১ ॥

---

গোপীশিংনা হায়রমই, মাধব শ্রীকৃষ্ণনা আলিঙ্গন তৌহুনা বাধবী শ্রীরাধানা নিংথিজরি অমসুং মাধবীনা কোনহুনা মাধবসু নিংথিজরি অমসুং অনিমক্কী তিন্নবগী হুংঙাইবদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক হুংঙাইবগী মকা লামলে ॥ ৩৭

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রমই, বন অসিদা মকা লামনা শাকাইরবা সনাগী উরী অমসুং নিংথিন শাকাইরবা তমাল পাম্বীনা খোইমু-শিংগা লোইননা ইতৎ তৎতনা তিন্নবা অসিদা অনিমক ময়ামগী (য়েংবদা) হুংঙাইফম অমদি ঙাম্বোইহুনা লৈরি ॥ ৩৮

গোপীশিংনা হায়রমই, বন অসিদা মকা লামনা শাকাইরবা সনাগী উরী শ্রীরাধা অমসুং নিংথিরবা শাকাইরবা তাপিঞ্ছমৌলি শ্রীকৃষ্ণনা সখী ময়ামগা লোইননা তিন্নবা মরমদগী অমগা অমগা হুংঙাইবা পিনবা অমদি অসিনা হুংঙাইনা ঙাম্বোইহুনা লৈরি ॥ ৩৯

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, মধুসূদননা (খোইমুনা) ইশৈ শক্তুনা তারিবা ময়ামদা পুকনিংবু হুংঙাইহনহুনা কামগী য়াথং অত্থবু শন্দোকপা ওইনা অহিংদা অনৌবী থম্বাল মানবীশিংগা শান্নরি মাহু য়াম্না অঙকপনি ॥ ৪০

রজনীরমণস্তমসাং শমনো
নলিনীকুলমুন্মহসামপনুৎ।
শিতিভুর্গগনে শিতিভে বিঘনে
স্তবভৌ কুমুদাবক এষ মুদা॥ ৪২॥
রমণীরমণস্তমসাং শমনঃ
থলিনীকুলমুন্মহসামপনুৎ।
শিতিভুর্গহনে শিতিভে বিঘনে
বিবভৌ কুমুদাকর এষ মুদা॥ ৪৩॥
কমলিনীমলিনীকরণে পটু-
বিধুরিতাধুরিতানিহ চক্রবান্।
নিবিদধাম্বদধস্তগণে ধৃতিং
ন স মুদে সমুদেতি বিধুর্ম্ম্ম॥ ৪৪॥

---

গোপীশিংনা হায়রমই, মধুসূদন শ্রীকৃষ্ণনা হুংশিরবা ইশৈনা পুকনিংবু হুংঙাইহনহুনা কামগী য়াথং অহুবু শন্দোক্তুনা অনৌবী থম্বাল অমদি অথোইবী ইবেম্মশিংগা অহিংদা মথল মথা অয়াম্বা শান্নরি॥ ৪১

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রমই, অসুম ওইবা অমম্বা কোকহনবা অঙৌবা মঙালগী থানা নোংলৈত্রবা মনম হুংশিবা অমমুং অঙৌবা অমকপা লৈত্রবা অতিয়াদা লৈহুনা থরোশিংবু হুংঙাইহন্দুনা থম্বালশিংগী হুংঙাইবা অহু মাংহল্লি॥ ৪২

গোপীশিংনা হায়, অহিংদা শান্নবা, অমম্বা কোকহনবা অমুবা মচুগী শ্রীকৃষ্ণ অসিনা থোইদোক্লা শুকনা শংলবা বনদা লৈহুনা, পাপকী থবকনা চিংবদা চংলিবা ফত্রবা মীশিং অহুবু হুংঙাইবদগী লাপনা তাম্হোকই॥ ৪৩

শ্রীকৃষ্ণনা হায়, থম্বালশিংগী মকুশিনহনবগী থবকত্তা থোই-দোকনা হৈশিংলবা থানা চক্রবাকশিংবু ( ঙানুথংগোং ) রানা

স সুদৃশাং সুদৃশাং রুচিকৃদ্রুচি-
র্বিরহিতারহিতা নিজতারকাঃ।
সুবিদধদ্বিদধং কুমুদাবনং
বরমুদে স মুদেতি বিধুর্হি নঃ॥ ৪৫॥
ইত্থং গায়ন্ মধুরবিপিনশ্রীভরালোকতৃপ্তঃ
কান্তাবল্লীরপি বিরচয়ন্ স্বাভিমর্দ্দেন ফুল্লাঃ।
ভ্রামং ভ্রামং ভ্রমরনিকরৈঃ স্বানুগৈর্বেষ্টিতোঽসৌ
তাভির্বংশীবটবিটপিনঃ কুট্টিমং প্রাপ কৃষ্ণঃ॥ ৪৬॥
তত্রোপবিষ্টঃ স দদর্শ কৃষ্ণাং
স্বদর্শনানন্দবিবৃদ্ধতৃষ্ণাং।

---

লাকশিনতুনা থানমিচাকশিংগী তপথনবগী শিন্দুনা নিংথিনা ঙান্থোইরি॥ ৪৪

গোপীশিংনা হায়, মহাক অতুনা থোইদোকনা অরাববু মাংহনবা অমদি হুংঙাইনবু শিনবিবা অতুম ওইবা অকবা পামহন-বিবা শ্রীকৃষ্ণ অতুনা মিৎতা ফজবী ব্রজগী ইবেম্মশিংগী নিংথিরবা নয়নশিংগী পেন্নফম ওইতুনা (ওইহনতুনা) মহাককী হুংশিবীশিংবু কাইনবা মৈচাক্তগী কনবিতুনা অম্বুরশিংবু মাংহনতুনা পৃথিবীগী হুংঙাইবা হেনগৎহনতুনা ঐখোয়গী হুংঙাইবা চাওখৎহন্নবগী লেং-থোকপিরকলে॥ ৪৫

শ্রীকৃষ্ণনা অস্নুম্না ইশৈ শকলতুনা অমস্তুং ফজরবা বনগী নিংথিবা পুম্নমক্তা পেল্লতুনা গোপীশিং অমস্তুং উরীশিং মখোয় কাংবু অনীসিবু হকচাং শোকনবনা নিংথিনা শাকাইহল্লে অমস্তুং মতুংদা ইন্নরকপা থোইমুশিংনা কোইরতুনা অতুম ওইবা বংশীবট বৃক্ষগী ফমফমদা লেংশিনখরে॥ ৪৬

মফম অতুদা ফমলবদা শ্রীকৃষ্ণনা কৃষ্ণা অমদি যমুনাবু য়েংলগা, অঙকপনি! যমুনাগী অঙকপা নিংথিজবা অসি, অতুম ওইবা

ফেনালিহাসাং খগনাদগানাং
স্বসঙ্গমাস্লোৎকহৃষীকবর্গাং ॥ ৪৭ ॥
স্পর্শোৎসবায়োচ্ছলদূর্ম্মিহস্তাং
লোলাব্জরক্তোৎপলফুল্লনেত্রাং।
সমুচ্ছলন্নক্রমুখোচ্চনাসা-
মাবর্ত্তগর্ত্তোৎসুককর্ণপালীং ॥ ৪৮ ॥
যুগ্মকং ॥
পুলিনানি সমীক্ষ্যাসৌ তত্র রন্তুমনা হরিঃ।
কৃষ্ণাপারং গন্তুকামঃ সমুত্তস্থৌ প্রিয়াগণৈঃ ॥ ৪৯ ॥
অথাগতানাং স্বজলান্তিকং সা
তেষাং পদাব্জেষু তরঙ্গহস্তৈঃ।

---

মতম অতুগী কৃষ্ণবু উবদগী হুংঙাই হুংঙাইবা অতুদা মহাককী খোঁরাংবা অত্ত হেনগৎলকই, মাতুদি ইথককী কোংগোনশিং অতুনা নোকপগী মশক ওইনা অমসুং ইশিংগী উচেকশিংগী নিনবনা ইশৈ ওইনা থোকখি অমসুং কৃষ্ণগা তিন্ননিংবনা মহাককী ইন্দ্রিয় পুন্নমক লাংতকনরে ॥ ৪৭

অমদি শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং শোকপদগী হুংঙাইবনা ইথক্কী মশক ওইবা খুৎ থাঙ্গৎলকলে, শাকাইরবা অঙাংবা থম্বালগী মশক ওইরবা মিৎ তক্ফিং তফিংলে কুম্ভীরনচিংবা ইশিংগী শাগী মশক ওইবা মনাতোন থিংগৎলকলে, অমসুং ইরৈগী মশক ওইবা নাকোং লাংতকনরে ॥ ৪৮

অতুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা যমুনাগী মপানশিং অত্ত য়েংলুরগা মফম অতুদা শান্নগে নিংলতুনা যমুনা মপানদা চৎনিংলত্তনা হুংশিবী-শিংগা লোইননা মফম অতুদগী হৌগৎখরে ॥ ৪৯

অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা পুন্নমকনা যমুনাগী ইশিং মনাক্তা লাকলবদা যমুনানা ইথক্কী মশক ওইবা মথুৎনা মখোয়গী মখোংদা

সমর্প্য পদ্মান্যথ তানি কৃষ্ণা
তৈস্তৈঃ স্পৃশন্তীব মুহু র্ববন্দে॥ ৫০ ॥
গতিশিক্ষিতে মুররিপো র্বনিতানাং
দ্রুতমভ্যসন্নিব নিজৈ র্গতিনাদৈঃ।
তমিহাভ্যুপৈতি পুরতস্তটকচ্ছাৎ
কলহংসিকালিবলিতঃ কলহংসঃ॥ ৫১ ॥
স্খলদগতিতস্মাচ্যুতাগতিমুদা
সমৃদ্ধজলতাং জগাম যমুনা।
স্বপারময়িতুং সমুৎকমথ তং
সমীক্ষ্য তনুতাং জলোদ্ধতগতিঃ॥ ৫২ ॥
জানুদ্বয়সতোয়ায়াং কৃষ্ণায়াং কৃষ্ণতুষ্টয়ে।
গুল্ফদঘ্নজলা আসন্ নির্ঝরাঃ পুলিনাবৃতাঃ॥ ৫৩ ॥

---

থম্বালশিংহু কৎলে অমসুং অহুগুম্বা কৎলবা থম্বালশিং অহুবু মশানা শোক্তুনা হন্না হন্না বন্দনা তৌরমই ( খুরুমলমই )॥ ৫০

শ্রীকৃষ্ণগী ইবেম্মশিংনা চৎপদগী ফিজেৎ লৈতেংশিং অহু থেংনবদগী খোনজেল থোরকলবদা যমুনাগী ঙাহুশিংনা মাহুগী মতৌ তমনবগীদমক ঙাহু অমোমশিংগা লোইননা যমুনানা ইশিংগা তাইনবা তোর্ব্বানগী লমদগী মখোয়গী মমাংদা লাকলে॥ ৫১

শ্রীকৃষ্ণনা লাকপদগী হরাওখিহুনা যমুনাগী ইচেল অহু লেপ-খিবদগী ইশিং অহু পনথরে অমসুং মশাগী তোর্ব্বান চৎনবগী-দমক শ্রীকৃষ্ণবু য়ান্না পামশিনবা উহুনা ( লাংতকনবা ) যমুনাগী ইশিং অহু লেপখি অমদি ইশিংগী মরোংনা যমুনানা মাহু পুকনিংদা লৌশিল্লমই॥ ৫২

শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক যমুনানা ইশিং অহু খুকউদা য়োরবদা, তোর্ব্বানগী ইথককী ইশিংশ্ন খুজেং ফাওবদা ওইরমই॥ ৫৩

তীর্ত্বা তীর্ত্বা সুখেনৈতান্ ক্রমেণ নির্ঝরান্ হরিঃ।
বভ্রাম পুলিনেষেষু বিহরন্ সপ্রেয়সীগণঃ ॥ ৫৪ ॥
সাকূতসস্মিতবিলোকননর্ম্ম জল্পৈ-
রালিঙ্গনস্তনলখার্পণচুম্বনাদ্যৈঃ।
তাসাং স্বসঙ্গজমনোজবিলাসতৃষ্ণাং
কুর্ব্বন্ মুহুঃ স বিপুলাং বিললাস কৃষ্ণঃ ॥ ৫৫ ॥
ততঃ পুলিনমাগত্য স চক্রভ্রমণাভিধং।
তত্র রম্যমনাশ্চক্রমারুরোহ প্রিয়াগণৈঃ ॥ ৫৬ ॥
বিতস্তিমাত্রোচ্চনিখাতশঙ্কুগ-
ত্রিনেমিচক্রোপরি রাধয়া সহ।
স্থিতঃ স মধ্যেঽন্যসখীগণৈঃ ক্রমা-
দ্বহিশ্চকারাথ সুমণ্ডলত্রয়ীং ॥ ৫৭ ॥

---

শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবীশিংগা লোইননা ইথকশিং অত্ত লান্থে কলগা তোর্ব্বানশিংদা কোইরমই ॥ ৫৪

অমস্থুং ভাবকা লোইনবা নোকপা, য়েংবা ফাগী, রা য়াম্না ভাংবা, কোনবা, থবাককী ময়াইদা খুজিলনা খোৎপা, মাইথোংদা চুপ্পা, অসিনচিংবা মখল মখা অরাম্বা হিরমদা গোপীশিংগী শান্নবগী থৌরাংববু য়াম্না হেনগৎহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মশিংগা নিংথিনা শান্নরমই ॥ ৫৫

অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা তোর্ব্বানদা লাক্লুনা শান্ননিংরগী পুকনিংদগী কোইনা লৈবা কোবা চক্র ( অদুদা ) চান্নথোইবীশিংগা কাথৎখরে ॥ ৫৬

চক্র ভ্রমনগী মতৌদি অসিনি, মাহুদি খুদুপ মখাই অমতা ন্নাংবা লৈপাক্তা যুংবা চৈ অত্ত মাহুগী মথক্তা লৈবা চক্র, চক্র অসিদি চক্র ( অকোইবা ) অহুমনি ( অমদি অকোইবদা মকোই চক্র

আবৃত্য পূর্ণং রসধারয়া হরিং
রাধোপগূঢ়ং কিল মণ্ডলশ্রী।
সুবর্ণবল্ল্যঙ্কিতমালশাখিনং
স্বর্ণালবালালিরিবাবভাবসৌ ॥ ৫৮ ॥
আদিশ্য হল্লীশককেলিরঙ্গে
রাধামুকুন্দৌ ললিতাদিকালীঃ।
তত্রাংসবিন্যস্তভুজৌ মিথস্তা-
বনৃত্যতাং লাস্যবিদাং বরিষ্ঠৌ ॥ ৫৯ ॥
নৃত্যস্মিতস্মিনীনাং তদ্বেদথ্যপদচালনৈঃ।
কুলালচক্রবচ্চক্রং ভ্রমদাসীত্তয়োরপি ॥ ৬০ ॥

---

অহুম লৈ ), মাদুগী মথক্তা শ্রীরাধাগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা কাথৎ-খিহুনা, অহুদগী সখী ময়াম্না মপান্দা মরোন অহুম কোইহুনা লৈ ॥ ৫৭

অঙকপনি ! মণ্ডলী ( মকোই ) অহুম অসি অমদি গোপীগী কাংলুপ অসি রস মথং মথংনা থনবনি, শ্রীরাধানা কোনবা শ্রীকৃষ্ণবু কুপশিনবা অমদি ময়াইদা থমলহুনা সনাগী উরীনা কোইশিল্লবা তমাল পাম্বীবু কুপশিল্লহুনা সনাগী উরীনা নিংথিজবা অহুগুম্না ( মাহুগী মতৌগুম্না ) নিংথিনা ডাম্বোইরে ॥ ৫৮

অহুগী মতুংদা জগোই হৈবশিংগী মহুংদা অথোইবা শ্রীরাধা-কৃষ্ণনা ললিতানচিংবা সখী ময়াম্বু হল্লীশক অমদি মণ্ডলী নৃত্যদা ( মণ্ডলী মকোই মকোই ওইনা জগোই শাবদা ) শান্নহুনা লৈরম্নই ॥ ৫৯

কাংঙ মানবী ইবেম্মশিংগী থোইদোকনা হৈশিংবগা লোইননা খোং থাংবা অহুদা রাস চক্রগী ( চক্রগী মরোংদা কোইনা রাস ) শান্নবা অহু চক্রু শাবগী চক্রগী মরোংদা লৈবা ওইনা উরে ॥ ৬০

বিধায় রাধাং ললিতাবিশাখয়ো-
র্মধ্যে তদংশার্পিতবাহুরচ্যুতঃ।
গায়ন্ স গায়ন্তিরলং কদাপ্যসৌ
বভ্রাম নৃত্যন্ সহ নর্ত্তকীগণৈঃ॥ ৬১॥
লঘুভ্রমচ্চক্রগতেঃ সমা তাসাং গতিঃ কচিৎ।
কচিন্মন্দা কচিচ্ছীঘ্রা বিবিধাসীৎ প্রিয়া হরেঃ॥ ৬২॥
তাসাং দ্বয়োর্দ্বয়োর্মধ্যে তদংসন্যস্তদোঃ স্ফুরন্।
সচলৎস্বর্ণবল্লীনাং নৃত্যত্তাপিঞ্ছবদ্বভৌ॥ ৬৩॥
সোঽলাতচক্রবৎ কাপি লঘুগত্যাভ্রমত্তথা।
হিত্বা মাং কাপ্যসৌ নাগাদিতি তা মেনিরে যথা॥ ৬৪॥

---

শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু ললিতা বিশাখাগী ময়াইদা লৈহন্দুনা ইবেম্মগী মরেংবানদা নত্রগা ললিতা বিশাখাগী মরেংবান অনিদা খুৎ অনিনা পাইহুনা ইবেম্মা জগোই শাবীশিংনা ইশৈ শকলকপা মতম অহুদা মখোয়গা লোইননা শ্রীকৃষ্ণসু ইশৈ শকল শকলহুনা চৎতুনা লৈরমই॥ ৬১

করিগুম্বদা চক্রগী খোংথাং অহু পিকশিল্লবদি, মখোয়গী খোংথাংসু পিকশিল্লমই, অহুগা করিগুম্বদা চক্রগী গতি অহুনা তপ্পা নত্রগা থুরবদি মখোয়গী খোংথাংসু তপ্পা নত্রগা থুবা ওইরকই, অসুম তৌহুনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবী ব্রজগী ইবেম্মশিং অহুগী রাস মণ্ডলদা মথল মথা অয়াম্বা খোংথাং ওইরমই॥ ৬২

অহুগুম্বা গোপীশিংগী ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণনা চংশহুনা মখোয়গী মরেংবানদা খুৎ থমলহুনা তফিং তফিংবা সনাগী উরীগী মরক্তা লৈবা তমাল পাম্বীগী মতৌদোনা ডাম্বোইহুনা লৈরমই॥ ৬৩

অলাত চক্র অমদি মৈ য়াওবা উ অমবু লৈরবদি মঙাল ইকোই কোইনা উবা অহুগুম্না শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী মরক্তা লৈবা

স একাং মণ্ডলীং কৃত্বা প্রান্তে সর্ব্বপ্রয়াগণৈঃ।
তাসাং মধ্যে স্ফুরন্‌ত্যন্‌ চক্রঞ্চ ভ্রময়ন্‌ বভৌ ॥ ৬৫ ॥
স্বশক্তিং দর্শয়ন্‌ চক্রাদ্‌যুগপদ্বা ঁ মাচ্চলাৎ।
অবরুহ্য মুহুস্তত্তৎ স্থানমাশ্বারুরোহ সঃ ॥ ৬৬ ॥
গোপ্যশ্চ যুগপৎ সর্ব্বাঃ কদাপ্যেকৈকশঃ ক্বচিৎ!
অবরুহ্যারমারুহ্য চক্রুর্মণ্ডলবন্ধনং ॥ ৬৭ ॥
বিলস্যেত্থং হরিস্তাভিশ্চক্রভ্রমণনর্ত্তনৈঃ।
রাসলীলাবিশেষায় চক্রাদবরুরোহ সঃ ॥ ৬৮ ॥

---

চক্রগী য়ায়া থুবা মরমদগী থাংগৈশেংনা মাহুগী মত্তৌ ওইনা কোইরমই, মাহুদা গোপী খুদিংমকনা খল্লমই, মাহুদি শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মনাক্তা লৈ অতোপ্পা মফমদা চৎপা লৈতে ॥ ৬৪

শ্রীকৃষ্ণনা চক্রগী মতাইদা তোংঙানবা মকোই অমা শেমহুনা চান্নবীশিংগা লোইননা মাহুগী ময়াইদা জগোই শান্ন-শান্নহুনা চক্রহুবু চৎহনহুনা ঙানৃথোইরে ॥ ৬৫

শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী শক্তি অমদি মতম অমত্তদা গোপীশিংগী মরক্তা লৈবা, জগোই শাবা অমস্তুং চক্রদা কোইবা ঙম্বগী মশক ওইবা মশাগী শক্তি উৎহুনা, মশাগী চক্রদগী মতম অমত্তদা নত্রগা মথং মথং ওইনা চক্রগী মফম অহুদগী লৈপাক্তা কুমথরকই অহুম ওইবা মফম অহুদা থুনা হন্না হন্না কাখৎলি ॥ ৬৬

মাহু উহুনা গোপীশিংনা কুমথবা অমস্তুং কাখৎপগী মশক ওইবা মশাগী শক্তি উহনহুনা মতম অমদা পুন্নমক, করিগুম্বদা মতোমতা ওইনা চক্রদগী কুমথরক্কুনা লৈপাক্তা লাক্তুনা অমুক হন্না চক্র মথক্তা কাখৎতুনা, পরেং ওইনা জগোই শারে ॥ ৬৭

শ্রীকৃষ্ণনা অস্তুম তৌনা চক্রদা কোইবা অমস্তুং জগোইগা লোইননা ইবেম্মশিংগা শান্নহুনা রাসলীলা থোইদোকপগীদমক চক্রদগী কুমথরকলে ॥ ৬৮

স্খলহরিমৃদুহস্তৈঃ সংস্কৃতং কৃষ্ণ আল্যা-
কুমুদসুরভিবাতৈর্মার্জিতং স্ফারমগ্র্যং।
শশিকিরণসুধাভিঃ সিক্তলিপ্তং স তাভিঃ
পুলিনবরমনঙ্গোল্লাসরঙ্গাখ্যমাপ্তাৎ ॥ ৬৯ ॥
বিধায় কৃষ্ণঃ পরিতঃ সুমণ্ডলীং
তস্মিন্মিথোবদ্ধকরৈঃ প্রিয়াগণৈঃ।
তদন্তরায়ং প্রিয়য়া বভৌ যথা
বিশাখয়েন্দুঃ পরিবেশমধ্যগঃ ॥ ৭০ ॥
পরিভ্রমদ্বল্লললনালিমণ্ডলং
বভৌ যথা কামকুলালভূপতেঃ।
রাসাদিলীলাখ্যঘটাদিনির্ম্মিতৌ
সুবর্ণচক্রং হরিদণ্ডচালিতং ॥ ৭১ ॥

---

অমসুং কুমথরকলগা অনঙ্গ উল্লাসরঙ্গ (কামগী হুংঙাইবা মথোই কাবা) কৌবা ভার্ব্বানদা সখীশিংগা লোইননা থুংলরে। তোর্ব্বান অসিদি যমুনাগী মশাগী খুৎকী মশক ওইবা ইথকনা থরোগী হুংশিরবা মনমগা লোইনরবা হুংশিংনা শেংদোকলবা, নিংথিনা পাকলবা, থাগী মঙালনা ইংলবা অমসুং পুমলং লংহুনা লৈরে ॥ ৬৯

মফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অমগা অমগা খুৎশম্নরবা চান্ন-থোইবীশিংনা নিংথিরবা মণ্ডলী "মকোই" শেমলহুনা অসিগুম্বা মণ্ডলী অহুগী ময়াইদা অথোইবী হুংশিবী শ্রীরাধাগা লোইননা অহুগুম্না ঙাম্থোইরম্মী, মহুদি চক্রগী ময়াইদা পানা বিশাখা নক্ষত্রগা লোইননা ঙানবা অহু মহুগী মতৌ খরা মাল্লি হায়বা য়াই ॥ ৭০

মহুদি চক্রু শাবনা চক্রু শানবগীদমক চক্রবু খুৎনা লৈরবদি চক্র অহু নিংথিজনা ঙাম্থোইহুনা লৈ, অহুগুমহুনা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা অথোইবা চক্রু শাবনা রাসগী মশক ওইবা চক্রু শানবগীদমক

তন্মণ্ডলং ভাতি বিলাসসাগরে
রোদ্ধুং মনোমীনমিহৈব কিং হরেঃ।
কন্দর্প-কৈবর্ত্তবরপ্রসারিতং
হৈমং মহৎ জালমুরোজতুম্বিকং ॥ ৭২ ॥
পরস্পরাবদ্ধকরপ্রিয়াততে-
র্দ্বয়ো র্দ্বয়োর্মধ্যগতঃ ক্বচিৎ প্রভুঃ।
প্রিয়াযুগাংশার্পিতদোর্যুগোৎস্ফুর-
ত্তাভিঃ স নানাগতিনর্ত্তনৈ র্ভ্রমন্ ॥ ৭৩ ॥
ভুজশিরসি বিরাজদ্দোর্যুগং স্বপ্রিয়াল্যাঃ
প্রচলদজয়দেতন্মণ্ডলং কৃষ্ণমূর্ত্তেঃ।

---

অদুগুম্বা সনাগী চক্রদা লৈবা সখীশিংগী মকোই "মণ্ডল" অদুবু নিংখিরবা পান্থোমনা লৈবা অদুদা, লৈহুনা লৈবা ওইনা নিংথিনা ঙাঙ্খোইরে ॥ ৭১

ঙা ফাব মীনা ঙা ফানবগীদমক তুরেলনা চিংবদা ইল শন্দোকতুনা থাই অমস্নুং ইলগী মথক্তা খোংক্রুম থরা ( লাউ ) পুনহনা তাউহল্লি, অদুগুমহনা অসিগুম্বা সংসারগী বিলাস সাগরগী ( বিলাস—শানবা ) ময়াইদা কামদেবগী মশক ওইবা কৈবর্ত্তনা ( ঙা ফাবনা ) শ্রীকৃষ্ণনা সংসারগী পুকনিংগী মশক ওইবা ঙাবু ফানবগীদমক অঙোবা কুচুগী ব্রজগী ইবেম্মশিংগী মশক ওইবা সনাগী ইল শন্দোক্নুনা মখোয়গী নিংথিনা তোংলবা থবাককী মশক ওইরবা তুম্বা অদু তাউহল্লে ॥ ৭২

করিগুম্বদা সখীশিং অদু অমগা অমগা খুৎশম্নহনা লৈরবদা, শ্রীকৃষ্ণনা অনি অনিগী মরক্তা চংহনা ইবেম্মা অনি অনিগী মরেংবান্দা খুৎ অনি থমহনা মখোয়গা লোইননা মথল মথা অয়াম্বা জগোই শাহনা হন্না হন্না রাস চক্রদা কোইহনা নিংথিনা ঙাম্মোইরম্মী ॥ ৭৩

জলদশকলজালং মধ্যমধ্যাতিরাজৎ
স্থিরতড়িদুপগূঢ়ং সংভ্রমচ্চক্রবাতৈঃ ॥ ৭৪ ॥
কদাচিদেক এবাস্থং স্বীয়ভ্রমণলাঘবাৎ।
ভ্রমন্নলাতচক্রাভঃ সর্ব্বাসাং পার্শ্বগোঽস্ফুরৎ ॥ ৭৫ ॥
হরিহরিদয়িতানাং বংশিকাকণ্ঠগানৈ-
র্মিলিতবলয়কাঞ্চীনূপুরালীস্বনৌঘঃ।
নটনগতিবিরাজৎ পাদতালানুগামী
নিজবরমধুরিম্না ব্যানশেঽসৌ জগন্তি ॥ ৭৬ ॥
অনিবদ্ধং নিবদ্ধঞ্চ দ্বিধা গীতঞ্চ তে জগুঃ।
সারিগমপধন্যাখ্য স্বরানালপুঃ পৃথক্ ॥ ৭৭ ॥

---

নোংথাংনা ইংনা লেপ্তুনা লৈরবা অমসুং নোংথাংগী ময়াইদা লৈচিলগী মকোইগী মচেৎশিং অত্থ অরৈবা মুংশিৎ ময়াম্না লৈরবদি নিংথিনা ঙানবা অত্থগুম্না রাসচক্রদা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তিশিং অত্থ চান্নবীশিংগী মকোকতা খুৎ অনিনা পাইত্থনা নিংথিনা ঙাস্থোইত্থনা লৈরমই ॥ ৭৪

শ্রীকৃষ্ণনা করিগুম্বদসু অমদি মত্তোমতনা মহাককী কোইনা চৎপগী য়াংবা অত্থনা অলাত চক্রগুম্না কোইত্থনা ব্রজগী ইবেম্মশিং পুম্নমককী মনাক্তা চৎখিত্থনা, পুম্নমককী মনাক্তা ঙাস্থোইরম্মী ॥ ৭৫

শ্রীকৃষ্ণগী বংশীগী খোনজেলনা চান্নবীশিংগী খোনজেলগা লোইননা, খুজি কাঞ্চী (শরিক মচা পুনবা থাংলি) অমসুং নূপুরগী খোনজেল ময়ামগা তিন্নত্থনা অমসুং জগোইগী খোংথাংগী নিংথিবনা লৈত্তেংলবা খোংগী মতুং ইনত্থনা শ্রীকৃষ্ণ মহাককী য়াম্না নিংথিন্নবা মাধুর্য্যনা জগৎ পুম্নমকপু শিনথুংখরে ॥ ৭৬

---

অলাত চক্র—লৈগী চক্র অমা, শেম্বদি মচৈ অমদা লৈ য়াওরগা কন্না লৈরদা ওইবা অত্থনি।

শুদ্ধাশ্চাবিকৃতাং জাতিং দ্বিবিধাঞ্চ মুদা জগুঃ।
তত্র সপ্তবিধাং শুদ্ধামেকাদশবিধাং পরাং॥ ৭৮॥
ষড়্‌জমধ্যমগান্ধার ভেদাদ্‌ গ্রামাংস্ত্রিভেদকান্‌।
তত্র মর্ত্ত্যাগোচরং তে গান্ধারগ্রামমুজ্জগুঃ॥ ৭৯॥
শ্রুতীঃ সপ্তস্বরগতা দ্বাবিংশতিভিদা জগুঃ।
সমীরসংখ্যাংস্তানাংশ্চ মূর্চ্ছনাস্ত্বেকবিংশতিঃ॥ ৮০॥
পঞ্চদশপ্রকারাংশ্চ গমকাংস্তিরিপাদিকান্‌।
চালাদি বহুভেদঞ্চ স্থায়ং রম্যমিমে জগুঃ॥ ৮১॥

---

শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ব্রজগী ইবেম্মশিং পুন্নমকনা স্বর তরেৎকী মতুং ইন্দবা অমসুং ইনবা খেন্নবা মতুংইন্না মখল অনিগী ইশৈ শকলকলে, অতুগী মনুংদা অহানবা নিবদ্ধ অমদি সা, রি, গ, ম, প, ধ নি-গী স্বর তরেৎ অসিগী তোঙান তোঙানবা নৈনবদা চংলকলে॥ ৭৭

সুংঙাইবগা লোইননা অহানবদা শুদ্ধ (অশেংবা) অমসুং বিকৃত (মশক ওনখিবা) খেন্নবা মতুংইন্না মখল অনিগী ইশৈ শকলকলে, মতুগী মনুংদা শুদ্ধ কাংবুনা মখল তরেৎ অমসুং বিকৃত কাংবুনা মখল তরামাথোইনি॥ ৭৮

ষড়্‌জ মধ্যম অমসুং গান্ধারগী খেন্নবা মতুংইন্না গ্রাম অসি মখল অহুমনি, অতুগী মনুংদা মীনা খংনদবা গান্ধার গ্রাম অতু শকলে॥ ৭৯

অতুগী মতুংদা স্বর তরেৎকী মতুংইনবা মখল কুননিথোইগী শ্রুতি অমসুং মখল নিকুমাপনগী তান্‌ অমসুং মখল কুনমাথোইগী মূর্চ্ছনা শকলে॥ ৮০

অতুগা মখল তরামঙাগী তিরিপ কৌবা গমক পুন্নমকপু তালনচিংবা য়াম্না খেন্নবদা ইংনা অমসুং নিংথিজবা মরোংদা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা পুন্নমকনা ইশৈ শকলে॥ ৮১

শুদ্ধসালগভেদেন নিবদ্ধং দ্বিবিধং জগুঃ।
শুদ্ধং সংজ্ঞাত্রয়ং তত্র প্রবন্ধং বস্তুরূপকং ॥ ৮২ ॥
প্রবন্ধে স্বরপাঠাদিভেদান্নানাবিধান্ জগুঃ।
রাগান্নানাপ্রকারাংশ্চ গ্রহাংশ্চ ন্যাসসংযুতান্ ॥ ৮৩ ॥
সপ্তস্বরাংস্তু সংপূর্ণান্ ষট্স্বরান্ ষাড়বাভিধান্।
পঞ্চস্বরানৌড়বাংশ্চ জগুস্তে তাংস্ত্রিভেদকান্ ॥ ৮৪ ॥
মল্লার কর্ণাটক নট্ট সাম-
কেদার কামোদক ভৈরবাদীন্।
গান্ধার দেশাগ বসন্তকাংশ্চ
রাগানগায়ন্ সহ মালবাংস্তে ॥ ৮৫ ॥
শ্রীগুজ্জরীং রামকিরীঞ্চ গৌরী-
মাসাবরীং গোণ্ডকিরীঞ্চ তোড়ীং।

---

অতুগী মতুংদা শুদ্ধ অমসুং সালগগী খেন্নবা মতুংইন্না নিবদ্ধবু মখল অনি ওইনা ইশৈ শকলে মতুগী মসুংদা নিবদ্ধগী সংজ্ঞা অহুম ওই মতুদি প্রবন্ধ বস্তু অমসুং রূপক অহুম অসিনি ॥ ৮২

প্রবন্ধগী মসু দসু অমুক স্বর অমসুং পাঠনচিংবগী খেন্নবনা মখল মখা অয়াম্বা রাগ অমসুং মখল মখা অয়াম্বা ন্যাস য়াওবা গ্রহ পুম্নমকপু শকলে ॥ ৮৩

অমুকসু সম্পূর্ণ কৌবা স্বর তরেৎ ষাড়ব কৌবা স্বর তরেৎ অমসুং উত্তর কৌবা স্বর মঙা অসুম তৌতুনা মখল অহুম ওইনা খাইত্তনা ইশৈ শকলে ॥ ৮৪

অতুগী মতুংদা মল্লার কর্ণাটক, নট্ট সামকেদার, কামোদ, ভৈরব, গান্ধার, দেশাগ, বসন্ত অমসুং মালব রাগ ইশৈ শকলে ॥ ৮৫

---

পাঠ—পাবা, হায়দোকপা, তম্বা

বেলাবলীং মণ্ডলগুজ্জরীঞ্চ
বরাটিকাং দেশবরাটিকাঞ্চ ॥ ৮৬ ॥
মাগধীং কৌশিকীং পালীং ললিতাং পঠমঞ্জরীং।
সুভগাং সিন্ধুড়ামেতা রাগিণী স্তাঃ ক্রমাজ্জগুঃ ॥ ৮৭ ॥
যুগ্মকম্ ॥

ঘনানদ্ধভতানাস্তাঃ শুষিরানাঞ্চ ভেদকান্।
বৃন্দয়োপহৃতাং স্তাংশ্চ ক্রমেণাবাদয়ন্মুহুঃ ॥ ৮৮ ॥
মুরজং ডমরুং ডম্ফং মণ্ডুঞ্চ মমকাদিকং।
মুরলীং পাবিকাং বংশীং মন্দিরাং করতালিকাং ॥ ৮৯ ॥
বিপঞ্চীং মহতীং বীণাং কচ্ছপীং করিনাসিকাং।
স্বরমণ্ডকিলাং রুদ্রবীণাঞ্চ তা অবাদয়ন্ ॥ ৯০ ॥
যুগ্মকম্।

---

মাহুদি শ্রীগুর্জ্জরী, রামকিরী, গৌরী আশাবরী গোণ্ডকিরী, তোড়ি বেলাবলী মণ্ডলগুজ্জরা বরাটিকা দেশবরাটিকা মাগধী কৌশিকী পালী ললিতা পঠমঞ্জরী সুভগা অমসুং সিন্দুড়া রাগিণী পুম্নমক অসি গোপীশিংনা মথং মথং শকলে ॥ ৮৬—৮৭ ॥

অহুগী মতুংদা বৃন্দানা পিবা খন (কারতালনচিংবা যন্ত্র) আনদ্ধ (মুরজ মপিকপা পূংনচিংবা,) তত (বিণানচিংবা যন্ত্র) অমসুং সুষির (বংশীনচিংবা যন্ত্র) অসিনা চিংবা মথল মরিগী যন্ত্র য়ৈরে অমদি খোংলে মথং মথং ওইনা অমসুং হন্না হন্না ॥ ৮৮

অহুগী মতুংদা মুরজ ডমরু ডম্ফ মণ্ডু মমক, মুরলী, পাবিকা, বংশী মন্দিরা করতাল অসিনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা যন্ত্র খোংলকলে ॥ ৮৯

মাহুগী মতুংদা বিপঞ্চী মহতী বীণা, কচ্ছপী, করিনাসিকা স্বর মণ্ডলিকা অমসুং রুদ্রবীণা অসিনচিংবা বীণাগী যন্ত্র খোংবনচিংবা তৌনরকলে ॥ ৯০

পতাকাং ত্রিপতাকাঞ্চ হংসাস্যং কর্ত্তরীমুখং।
শুকাস্যং মৃগশীর্ষঞ্চ সন্দংশঃ খটকামুখং ॥ ৯১ ॥
সূচীমুখং চার্দ্ধচন্দ্রং পদ্মকোষাহিতুণ্ডিকং।
নর্ত্তনে দর্শয়ামাসুস্তা ইত্যাদিকহস্তকান্ ॥ ৯২ ॥
যুগ্মকম্ ॥

---

অদুগী মতুংদা জগোই শাবদা সর্প ( লিন ) থেংগুনচিংবা জীবগুম্না খুৎ খোংনচিংবগী জগোই উৎতুনা উহনবা য়াবা অদু হস্তক কৌই, তৌইগুম্বসুং রাসলীলাদা গোপীশিংনা পতাকা, ত্রিপতাকা হংসাস্য, কর্ত্তরীমুখ, শুকাস্য, মৃগশীর্ষ, সন্দাংশ খটকা-মুখ, সূচীমুখ, অর্দ্ধচন্দ্র, পদ্মকোষ অমসুং অহিতুণ্ডিক, অসিনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা হস্তক ( খুংনা উৎপা পতাকা ফিরান মরোং ) উৎলে ॥ ৯১—৯২ ॥

---

জগোইশাবা মতমদা লিনগী মতোক ফনবা, ঙানুগী ওকশমগী ফিবম অমসুং তা মচিন অহুমগুবনচিংবা মতোগুম্না খুংনা ফিবম শেমদুনা উৎপা অসিবু হস্তক কৌই। গীতশাস্ত্রদা অসিগুম্বা হস্তকশিংগী মতো অসি উৎতুনা হায়রে, মদুগী অর্থদু শমলপনা মথাদা হায়রি। অসিগুম্বা হস্তক অসি অহানবদা মথল অহুমনি, মদুদি অসংযুত, সংযুত অমসুং বিপ্রযুত। খুৎ অমনা মফম অ৫দা ইশৈগী অর্থ ফোংদোকপা অদুবু অসংযুত কৌই। খুৎ অনি ইশৈগী অর্থ ফোংদোকলবদি মদুবু সংযুত কৌই। খুৎ অনিনা লাপনা শন্দোকতুনা অর্থ ফোংদোকলবদি মদুবু বিপ্রযুত কৌই।

অদুগী মতুংদা পতাকানচিংবগী অর্থ। খুবীবু কোনশিল্লগা খুদোম্বীগী মখোংদা পুনশিল্লবদি মদুবু প্রসারিত করাঙ্গুলি কৌবা পতাকানি ॥ ১ ॥ খুনাওবী অমসুং খুবীগা মাংদা শম্নরগা খুদোম্বী খুৎয়াই অমসুং খুৎনিংথোবু শন্দোকলবদি মদুবু ত্রিপতাকা কৌই ॥ ২ ॥ খুদোম্বী, খুৎয়াই অ-সুং অঙ্গুষ্ঠ ( খুবী ) অহুম অসিগী মতোনগী শরুক অমগা অমগা শমজিন্নরবদি মদুবু হংসাস্য কৌবা হস্তক ওই ॥ ৩ ॥ খুৎনাওবী খুৎনিংথৌ খুবী অহুম অসিগী মতোন অসি শম্নরগা অতোপ্পা খুৎসা অনি খুদোম্বী অমসুং

দধুস্তান্যান্ বহুবিধান্ কাংশ্চিত্তু ধ্রুবলক্ষণান্।
মণ্ডলক্ষণকাংশ্চান্যান্ কাংশ্চিত্তত্ত্বিলক্ষণান্॥ ৯৩॥
অতীতানাগতসমৈ গ্রহৈশ্চ ত্রিবিধৈর্যুতান্।
সমা গোপুচ্ছিকা স্রোতোবহাদিযতিভির্যুতান্॥ ৯৪॥

---

কনা কনাগুম্বা গোপীশিংনা মথল মখা অয়াম্বা ধ্রুব মুল মণ্ড অসিনচিংবা কৌবা অমস্নুং মাসিগী ওন্নতৈনবা মথল মখা অয়াম্বা তাল লৌরে॥ ৯৩॥

তাল অসি অতিত্ত (হৌগ্রবা) অনাগত (লাকদবা) অমস্নুং সম (মান্নবা), গ্রহ (তাল) অসি মাহু য়াওবা সমা,

---

খুৎয়াই শন্দোকলবদি মাহুবু "কর্ত্তরীমুখ" অমদি কাটারীগী মতৌগুম্বা মচিনগী হস্তক কৌই। ৪। খুদোম্বী, খুৎনিংথৌ অমসুং খুবীগী মতোন শম্নরবদি "শুক তণ্ড" কৌবা হস্তক কৌই। ৫। খুবী খুৎয়াই অমসুং খুৎনিংথৌগী মতোন শম্নরবদি অহুগা খুৎ থাংগৎলবদি "মৃগশীর্ষক কৌবা হস্তক ওই। ৬। খুদোম্বী অমসুং খুবীগী মতোন শমজিন্নরবদি কোল্লগা অমসুং অতোপ্পা খুৎশা অহু শন্দোকতুনা থিঙ্গৎলবদি মাহুবু সদংশ কৌবা পতাক কৌই। ৭। খুৎ অনিগী ময়াইদা মাই (মুখ) লৈগদবনি খুবী অনি মাংদা তিন্নগদবনি, খুদোম্বী অনিসু মাংদা শম্নগদবনি, খুৎনিংথৌ খুৎনাওবী মতোনগী শরুক শন্দোকতুনা লৈগনি অহু ওইরবদি "খটকা-মুখ" হস্তক ওই। ৮। খুবী অমসুং খুৎয়াইগী মতোন শম্নগনি, খুদোম্বী খুৎনাওবী অমসুং খুৎনিংথৌ মথকলোমদা থিংগৎতুনা লৈরবদি মাহুবু সূচীমুখ হস্তক কৌই। ৯। খুবীবু অতোপ্পা মাইকৈদা পুথোকলবদি, মাহুবু ভরতনচিংবা মমাংঙৈদা নাট্য লাইরিক লেংবা মুনি অথোইবশিংনা (মুনীশ্বরশিংনা) "অর্দ্ধচন্দ্র" কৌবা হস্তক কৌই। ১০। লিরুংগী চুথেক্কী মতৌগুম্না খুৎশা পুম্নমক শম্নহুনা লৈরবদি মাহুবু পদ্মকোষ কৌই। ১১। অসিগুম্বা পদ্মকোষ হায়বা পতাকা অসিবু ময়াইগী শরুক লেমথহল্লবদি মাহুবু "অহিতুণ্ড" অমদি সর্পমুখ (লিনগী মচিন মানবা) পতাকা কৌই। ১২। ॥ ৯১–৯২॥

লয়ৈশ্চ ত্রিবিধৈ র্যুক্তান্‌দ্রুতমধ্যবিলম্বিতৈঃ।
নিঃশব্দশব্দযুক্তেন দ্বিধা ধরণসংযুতান্‌॥ ৯৫॥
বর্দ্ধমানাভিধস্ত্বেকো হীয়মানাভিধঃ পরঃ।
ইত্যাবর্ত্তদ্বয়াঢ্যেন মানেন চ সমন্বিতান্‌॥ ৯৬॥
চতুর্ভিঃ কুলকং॥

চঞ্চৎপুটং চাচপুটং রূপকং সিংহনন্দনং।
গজলীলামেকতালং নিঃসারী মাদি-তালকং॥ ৯৭॥
অড্ডকং প্রতিমণ্ঠঞ্চ ঝম্পঞ্চ ত্রিপুটং যতিং।
নলকুবরহুদখট্টং কুট্টকং কোকিলারবং॥ ৯৮॥
উপাট্টং দর্পণং রাজকোলাহলশচীপ্রিয়ৌ।
রঙ্গবিদ্যাধরং বাদকানুকূলককঙ্কণে॥ ৯৯॥

---

গোপুচ্ছিকা, স্রোতোবহা কৌবা মখল অহুমগী যতি (লেপ্পা) য়াওবা দ্রুত (অথুবা), মধ্য (তাল অমা) অমসুং বিলম্বিত অমসুং লয় (সাম্য মহাক অহুবু সম কৌই), অহুম অসি মাহুগা লোইনবা অমসুং শব্দ য়াওদবা (নিঃশব্দ) অমসুং শব্দ য়াওবা থেন্নবনা মখল অনিগী লৌবা (ধারণ) য়াওবা, মাহুগী মতুংদা অহানবা অহুবু বর্দ্ধমান অমসুং অনিশুবা অহুবু হীয়মান (হস্ববা) কৌই। অহুম তৌহুনা আবর্ত্ত (ঘুর্নন, লৈবা) অনি য়াওবা অমদি স্বর অনিগী মরক্তা লৈবা লেপ্পা (বিশ্রাম) না মাহুদি মথক্তা হায়রবা ধ্রুবনচিংবা তালনা ইতৎ তৎতনা তিন্নহুনা লৈ॥ ৯৪-৯৬॥

চঞ্চৎপটু, চাচপটু, রূপক, সিংহনন্দন, গজলীলা, একতাল, নিঃসাবী মাদি অড্ডক প্রতিমণ্ঠ ঝম্প (ঝাঁপতাল), ত্রিপুট, যতি নল কুবর হুদখট্ট, কুট্টক কোকিলারব উপাট্ট দর্পণ রাজকোলাহল শচীপ্রিয় রঙ্গবিদ্যাধর, বাদক অনুকূলকঙ্কণ, শ্রীরঙ্গ, কন্দর্প, ষটপিতাপুত্রক, পার্ব্বতীলোচন, রাজচূড়ামণি, জয়প্রিয়, রতিলীল,

শ্রীরঙ্গাখ্যং চ কন্দর্পং ষট্‌পিতাপুত্রকং তথা।
পার্ব্বতীলোচনং রাজচূড়ামণিজয়প্রিয়ৌ ॥ ১০০ ॥
রতিলীলং ত্রিভঙ্গীঞ্চ চচ্চরং বারবিক্রমং।
ইত্যাদীন্নর্ত্তনে তালান্ দধুঃ কৃষ্ণোঽস্য চ প্রিয়াঃ ॥ ১০১ ॥
শ্রীচৈতন্যপদারবিন্দমধুপশ্রীরূপসেবাফলে
দিষ্টে শ্রীরঘুনাথদাসকৃতিনা শ্রীজীবসঙ্গোদ্গতে।
কাব্যে শ্রীরঘুনাথভট্টবরজে গোবিন্দলীলামৃতে
সর্গোরাসবিলাসবর্ণনমনু দ্বাবিংশকোঽয়ং গতঃ ॥ ১০২ ॥

---

ত্রিভঙ্গি চচ্চরৎ, বারবিক্রম মথক্কী তাল কুম্ব্ামরিসি শ্রীকৃষ্ণ অমস্যুং শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইবী ব্রজগী ইবেম্মশিংনা লৌখিরে ॥ ৯৭-১০১ ॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী মখোং থম্বালগী লৈহি চুপচবা খোইমুগী মশক ওইবা শ্রীরূপগোস্বামিগী সেবাগী ফল, শ্রীরঘু-নাথদাস গোস্বামিনা কৃপা পিবিবদগী, শ্রীমজ্জীব গোস্বামীগী থৌগল তৌজবদগী পোকলকপা অমস্যুং শ্রীরঘুনাথ ( শ্রীরঘুনাথ ) দাস ভট্ট গোস্বামীগী বরগী মপান্না পোকলবপা শ্রীগোবিন্দলীলামৃত কাব্যদা রাস বিলাস বর্ণনাগী মশক ওইবা কুননিথোইশুবা সর্গ লোইজরে ॥

---

# অথ ত্রয়োবিংশঃ সর্গঃ।

অথ প্রবন্ধগানং স নানাতালৈঃ পৃথগ্বিধং।
কর্ত্তুমারভতৈতাভি র্বিদগ্ধাভিঃ সনর্ত্তনং॥ ১॥
শ্রীরাধয়া নৃত্যতি কৃষ্ণচন্দ্রে
গায়ন্ত্য আসন্ ললিতাদয়স্তদা।
চিত্রাদয়োঽন্যাঃ কিল তালধারিকা
বৃন্দাদয়ঃ সভ্যতয়া ব্যবস্থিতাঃ॥ ২॥
কৃষ্ণে নৃত্যত্যেকলে রাধিকাদ্যা
গায়ন্তি স্মাশ্চর্য্যতালৈ র্দুরূহৈঃ।
তস্মিন্ সভ্যে রাধিকাদ্যাঃ ক্রমেণা-
শ্চর্য্যং নৃত্যং সাঙ্গহারং ব্যধুস্তাঃ॥ ৩॥
রঙ্গে ক্রমাচ্ছ্রেণিতয়াস্থিতানা-
মন্তঃপটত্বং নটতাং গতানাং।

---

শ্রীকৃষ্ণনা চায়খোইবী ব্রজগী ইবেম্মশিংগা লোইননা রাস শাম্নরবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মথল মথা অয়াম্বা তালনা তোংঙান তোংঙান্নবা মথলগী প্রবন্ধ গান তৌরে অমসুং রাহৈ রাতা হৈবী ব্রজগী ইবেম্মশিংগা লোইননা জগোই শারকলে॥ ১॥

অদুগী মতুংদা শ্রীরাধাগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা জগোই শারকলবদা ললিতানচিংবা সখীশিংনা ইশৈ শকলকলে অমসুং চিত্রানচিংবা সখীশিংনা তাল থারকলে অমসুং বৃন্দানচিংবা সখী পুম্নমক্না সভ্যগী মশক ওইনা অক্ক ফত্ত বিচার তৌবা ওইনা লৈরে॥ ২॥ ৩॥

রাস শাম্নফমদা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা পুম্নমকনা জগোই শারকলবদা মাইকৈ মরিমক্তা ফিগী যুখলদোনা লেপলদুনা (ব্রজগী ইবেম্মশিংনা) বীণানচিংবা যন্ত্র পাইরদুনা মথল মথা অয়াম্বা প্রবন্ধগী ইশৈ শকলকলে॥

বীণাদিবাদ্যাবলিধারিকাণাং
নানাপ্রবন্ধাদিকগায়িকানাং ॥ ৪ ॥
ততঘনশুষিরাদ্যানদ্ধকণ্ঠস্বরৌঘে
মৃদুবিবিধগতিস্বৈস্তৌর্য্যৈক্যমাপ্তেহঙ্গনানাং।
তদনুগপদতালৈ র্ভ্রূকরাঙ্গাক্ষিচালৈ-
র্ননৃতুরিহ সকৃষ্ণাস্তাঃ প্রবিশ্য ক্রমেণ ॥ ৫ ॥ যুগ্মকং ॥
কৃষ্ণঃ শ্রীমাম্মুহুরিহ সমাগত্য তাসাং সমধ্যা-
ন্নানাতাল ক্রমবশতয়া চালয়ন্ শ্রীপদাব্জে।
ধুম্বন্ পাণী নটতি নিগদন্নিথমানন্দয়ং স্তা-
স্তত্তা তথে দৃগিতি দৃগি থৈ দৃক্ তথৈ দৃক্ তথৈ থা ॥ ৬ ॥
থোদিক্ দাং দাং কিট কিট কণঝেং থোকৃকু থোদিকৃকু আরে
ঝেংত্রাং ঝেংত্রাং কিটিকিটিকিটিধাং ঝেকুঝেং ঝেকুঝেং ঝেং।

---

মতম অসিদা মখোয়গী বীণাগী খোনজেল, কাংসিগী খোনজেল, বংশীগী খোনজেল, মুরজগী (পুং মচা মখল অমা) খোনজেল অমস্নুং ইবেম্মশিংগী (খোনাওগী) খোনজেল, মখল মখা অয়াম্বা খোংথাং ভপলবস্নু খোনজেল মখল অমা ওইনা খোরকলে, মরমদি মাত্তুগী মতুং ইনবা খোংথাং, পিশুম লৈবা, মুৎ হকচাং মিৎ থৎতুনা পুম্নমকনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা জগোইগী মফমদা চংলক্তুনা মথং মথং ওইনা জগোই শা'র ॥ ৪—৫ ॥

শ্রীকৃষ্ণনা ভাম্বোইরদুনা হন্না হন্না মখোয়গী মরক্তগী থোরক্তুনা মখল মখা অয়াম্বা তাল অমস্নুং শাথেক থুং-থেকনা অমস্নুং নিংথিরবা মখোং থম্বাল অনি অমস্নুং খুৎ অনিনা জগোই শাদুনা "তাঃ, তত্তা, তথৈ, দৃগিতি, দৃগিথৈ, দৃক্ তথৈ দৃক্ তথৈ থা" অসি হায়রদুনা সখীশিংবু হুংডাই হুংডাইহন্না জগোই শারকলে ॥ ৬

থোদিক্ দাং দাং কিট কিট কন ঝেং থোককু থোদিক্ কু আরে ঝেং ত্রাং ঝেং ত্রাং কিটি কিটি কিটি ধাং ঝেকু ঝেং ঝেকু

থোদিক্ দাং দাং দৃমি দৃমি দৃমিধাং কাঙ্কুঝেং কাঙ্কুঝেংদ্রা
মাগত্যৈবং নটতি স হরিশ্চারুপাঠপ্রবন্ধং ॥ ৭ ॥
কূজৎকাঞ্চীকটকবিরণন্নূপুরধ্বানরম্যং
পাণিদ্বন্দ্বং মুহুরিহ নদৎকঙ্কণং চালয়ন্তী।
রাধাকৃষ্ণদ্যুতিঘনচয়ে চঞ্চলেব স্ফুরন্তী
নৃত্যন্তীথং গদতি তথথৈ থৈ তথৈ থৈ তথৈ থা ॥ ৮ ॥
ধাং ধাং দৃক্ দৃক্ চণ্ড চণ্ড নিণ্ডাং নং নিণ্ডাং নং নিণ্ডাং নাং
তুত্তুক্ তুং তুং গুড্ডু গুড্ডু গুড্ডু ধাং দ্রাং গুড্ডুদ্রাং গুড্ডুদ্রাং।
ধেক্ ধেক্ ধো ধো কিরিটি কিরিটি দ্রাং দ্রিমিদ্রাং দ্রিমি দ্রা-
মাগত্যৈবং মুহুরিহ মুদা শ্রীমদীশা ননর্ত্ত ॥ ৯ ॥
ঝং ঝং কুর্ব্বৎকনকবলয়ে ধুন্বতী পাণিপদ্মে
তাসাং মধ্যাৎ সপদি ললিতাঽপ্যাগতা কৃষ্ণকান্ত্যা।

---

ঝেং ঝেং থোদিক্ দাং দাং দৃমি দৃমি দৃমি ধাং কাঙ্কু ঝেং কাঙ্কু ঝেং দ্রাং অসুম্না স্বর হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা খণ্ডহৌদনা লাক্তুনা ইশৈ প্রবন্ধ নিংথিবা শকল শকলদুনা জগোই শারকলে ॥ ৭ ॥

শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংগী মঙালগী মশক ওইবা নৈচিলগী মরক্ত। কুপেৎ কাফেৎ তৌবা নোংথাংগী মতৌ ওইবা শ্রীরাধানা "তথথৈ থৈ তথৈ থৈ তথৈ থা থা" অসুম্না হায়র হায়রদুনা জগোই শারকলে অমসুং জগোই অসিদা কাঞ্চীগী (খাংলিগী শরিককী) খুজিগী অমসুং নূপুরগী নিংথিরবা খোনজেলগা লোইননা নিংথিরবা খুজিগী খোনজেলগা লোইননা ফজরবা থুং অনিনা জগোই শারকলে ॥ ৮ ॥

ধাং ধাং দৃক্ দৃক্ চণ্ড চণ্ড নিণ্ডাং নং নিণ্ডাং নং নিণ্ডাং নাং তুত্তুক্ তুং তুং গুড্ডু গুড্ডু গুড্ডু ধাং দ্রাং গুড্ডুদ্রাং গুড্ডুদ্রাং, ধেক্ ধেক্ ধো ধো কিরিটি কিরিটি দ্রাং দ্রিমিদ্রাং দ্রিমিদ্রাং অসি হায়দুনা মদীশ্বরী শ্রীরাধানা লাক্তুনা হন্না হন্না জগোই শারে ॥ ৯

শ্যামে রঙ্গে তড়িদিব ঘনে নৃত্যতীত্থং বদন্তী
থৈ থৈ থো থো তিগড় তিগড় থো তথৈ থো তথৈতা ॥ ১০ ॥
দৃমি দৃমি দৃমি ধো ধো ধো মৃদঙ্গাদিনাদৈঃ
কণ কণ কণ বীণাশব্দমিশ্রৈর্বিশাখা।
নটতি ঝণণ ঝং ঝংকারর্ত্যলঙ্কারজালা
দৃগিতি দৃগিতি দৃক্থৈ থো তথো থো ক্রবাণা ॥ ১১ ॥
কাচিৎ স্বনন্নূপুরকিঙ্কিণীকা-
মুহুঃ কণৎকঙ্কণপাণিযুগ্মং।
বিধুন্বতীত্থং নটতীরয়ন্তী
থৈয়া তথৈয়া তথথৈ তথৈয়া ॥ ১২ ॥
পাদন্যাসৈঃ শ্রীকরদ্বন্দচালৈ-
র্নৃত্যন্ত্যা নূপুরধ্বানমিশ্রৈঃ।

---

মচুগী মতুংদা ললিতা সখীসু মথোয়গী মরক্তগী লাক্‌না সনাগী খুজিগী ঝঙ্কার খোনজেলগা লোইনবা মথুৎ থম্বাল অনিনা জগোই শারতুনা কৃষ্ণগী মঙালনা রাসস্থলি অচু শ্যামবর্ণ মচুগী মশক ওইরবদা "থৈ থৈ, থো থো তিগড় তিগড় থো তথৈ থো তথৈ তা" অসি হায়র হায়রতুনা জগোই শারকলে ॥ ১০

অমসুং কণ কণ কণ অসিগুম্বা বীণাগী খোনজেলগা লোইননা তিন্নতুনা মৃদঙ্গগী ( পুংগী ) দৃমি দৃমি দৃমি, ধো ধো ধো শব্দগা লোইননা খুজিনচিংবা লৈতেং ময়ামগী ঝণণ ঝং ঝং খোনজেলগা লোইননা দৃগিতি দৃগিতি দৃক্থৈ থো তথো থো অসি হায়রতুনা বিশাখাসু জগোই শারকলে ॥ ১১

কনাগুম্বা সখীনা নূপুর অমসুং কিঙ্কিনীগী ( খাংলিগী শরিক মচাগী ) খোনজেলগা লোইননা খুজি ময়ামনা লৈতেংলবা থুৎনা জগোই শারতুনা "থৈয়া তথৈয়া তত্তথৈ তথৈয়া" অসি হায়রতুনা জগোই শারকলে ॥ ১২

তালোত্থানাত্তথমৃত্যায়ন্তী
থৈ থৈ থৈ থৈ থৈ তথৈ থৈ তথৈ থাঃ ॥ ১৩ ॥
রঙ্গং প্রাপ্তা তদনুতথান্যা নৃত্যন্তী সা লপতি তদেথৎ।
থৈয়া থৈয়া তথ তথ থৈয়া থৈয়া থৈয়া তিগড় তথৈয়া ॥ ১৪ ॥
আআ ঈআতি আআতি অইঅতি অআ আতিআ আতি আআ
আআ জ্যোৎস্নোজ্জ্বলাঙ্গং নটদিব পুলিনং রাধিকে পশ্য আরে।
আ আ আ, আতি আ আ, নটতিচ বিপিনং মন্দবাতেরিতং আ
আ আ এতি কৃষ্ণঃ পুনরিহ নিগদন্ সালসাঙ্গং ননর্ত্ত ॥ ১৫ ॥
আ ই অ আ ই অতিপ্রিয়হাস-
শ্চন্দ্রতি কুন্দতি হংসতি আরে।

---

কনা কনাগুম্বা গোপীনা খোংথাংবা খুৎনা জগোই শাত্নুনা নূপুরগী খোনজেলগা লোইননা তাল থানবগীদমক "থৈ থৈ থৈ থৈ থৈ তথৈ থৈ তথৈ থাঃ" অসিগুম্বা হায়রগ্নুনা জগোই শারকলে ॥ ১৩

অতুগী মতুংদা অতোপ্পা কনাগুম্বা গোপী অমনা রঙ্গস্থলদা লাক্নুনা "থৈয়া থৈয়া তথ তথ থৈয়া থৈয়া থৈয়া তিগড় তথৈয়া" অসি হায়রনুনা জগোই শারকলে ॥ ১৪

অসুম তোহনুনা সখীশিংনা জগোই শারবদা অমুক হন্না শ্রীকৃষ্ণনা হরাউনা "আআ ঈ আতি আ আতি অই অতি অআ আতি আ আতি আআ আআ," অসি হায়নুনা জগোই শারকলে অমসুং হেরাধে! য়েংউ থাবননা ইরং লংলনুনা মহুদি (যমুনাগী) পুলিনসু জগোই শাব ওইনা নিংশিরে। "আ আ আ আতি আ আ" অসি হায়নুনা বনসু অতপ্পা নুংশিৎনা হুমল হুমলনুনা জগোই শারি, অমুক হন্না শ্রীকৃষ্ণনা "আ আ আ এতি" অসি হায়নুনা থরা হৈনিংদবা হকচাংনা জগোই শারকলে ॥ ১৫

অতুগী মতুংদা শ্রীরাধানা হায়রকই—হে চায়থোইবা! নংগী নোকপসি থাগী মতোগুম্বা পুম্নমকপু নুংঙাইহল্লি, অমসুং থাগী

ক্ষীরতি হীরতি হারতি আবে
আ ই অ আ ই অ নৃত্যতি রাধা ॥ ১৬ ॥
তা থিক্ তা থিক্ ধিগিতি নিনাদং
কুর্ব্বন্ রাসে বরমুরজোহস্মৎ।
লাস্যৈরাসামতিশয়তুষ্টো
নিন্দত্যস্যাঃ সুরবনিতাঃ কিং ॥ ১৭ ॥
বৈণিক্যো বৈণবিক্যশ্চ গায়ন্ত্যস্তালধারিকাঃ।
মৌরজিক্যশ্চ নৃত্যন্তি নর্ত্তকীভিঃ সমং মুদা ॥ ১৮ ॥

---

পরেংনা কুন্দ পরেংগী মতৌগুম্না নিংথিনা ঙানথোইরকই, ঙাহুনা শান্নবগুম্না পুন্নমকপু সুংঙাইংল্লি, অমসুং ক্ষীরগী মশককুম্না অপুম্বা পি অতুগা হীরাগী মতৌগুম্না ঙাল্লকই, মণি পরেংগী মতৌগুম্না অরংবা পরেং ওইনা ঙাম্থোইরে, অসুম্না হায়রগা "আই, অআই অআরে আরে আই অআই "অসুম্না হায়তুনা জগোই শারকলে ॥ ১৬

ব্রজগী নিংথিবীশিংগী জগোইদা হৈ-শিংবা অসি অতৈ পুন্নমক্তগী কোটিগুণ হেল্লি, মাতু লাইরিক লেংবনা বর্ণনা তৌরি। মাতুদি অথোইবা অমসুং মথরাই পান্দবা ওইতুনসু অক ক্তবগী বিচারদা হৈশিংলবা মুরজনা (পুংনা) রাস নৃত্যদা (রাসগী জগোইদা) তাধিক তাধিক তাধিক অমরোমদা মাতুগুম্বা শব্দ (রাহৈ) অমদি মখোয়তু ধিক (তোল্লি), মখোয়তু ধিক (তোল্লি), মখোয়তু ধিক (তোল্লি) হায়তুনা ব্রজগী ইবেম্মশিংগী জগোইদা হৈশিংবদা রাম্না পেল্লতুনা স্বর্গগী ফজবী অমদি উর্ব্বশীনচিংববু থিনা হাররি ॥ ১৭

অমদি বীণাখোংবা অমসুং বেণুখোংবা গোপীশিংনা ইশৈ শকল শকলতুনা তাল থারকলে অমসুং পুংয়েবী ব্রজগী ইবেম্ম-শিংনা জগোই শারিবী ইবেম্মশিংগা লোইননা সুংঙাইনা জগোই শারকলে ॥ ১৮

আবিষ্টানাং গানন্বৃত্যেঙ্গনানাং
তত্তদগত্যাহভূয়চ্ছ সদগাচ্চবন্ধং।
নাবীবেণীকঞ্চুকাদি স্বং তৎ
কৃষ্ণঃ ক্ষিপ্রং নৃত্যমধ্যে ববন্ধ॥ ১৯॥
তে নানাশব্দবন্ধেন সম্ভজুর্গাযনী জনাঃ।
ষ ঋ গা ম প ধৈন্যাধ্যৈঃ স্বরৈরাগাম্নবান্নবান্॥ ২০॥
স্বরানালাপয়ন্ শুদ্ধান্ সঙ্কীর্ণাংশ্চ সহস্রধা।
গীতঞ্চ মার্গদেশীয়ভেদাভ্যাং বহুধা জগুঃ॥ ২১॥
প্রাবৃণ্নভ ইব সঘনং সূচীমূলমিব সশুষিরং গানং।
গগনমিবাতিততং তন্দ্রত্নমিব বভৌ সদানন্ধং॥ ২২॥

---

যন্ত্রগী খোনজেলগা লোইননা ইবেম্মশিংনা জগোইদা পুকনিং লুপথ্রবদা ইশৈ অমসুং জগোইগী গতি মতুং ইন্না য়াম্না রংগা অমসুং চাওনা পুল্লবা শম্বুল, বেণী অমসুং কঞ্চুকনা (ফুরিৎনচিংব) কোমলকপদা শ্রীকৃষ্ণ মশামকনা থুদক অহুদা জগোইগী মতুংদা পুনবিরমই॥ ১৯

অতুম ওইবা ইশৈশকপী ব্রজগী ই-বম্মশিংনা যড়জ ঋষজ গান্ধার মধ্যম পঞ্চম ধৈবত অমসুং নিষাদ স্বরগী মথল মথা অয়াম্বা মরোংদা তিন্নবদগী অনৌ অনৌবা অঙকপা খাইদগী ফবদগীসু হেন্না ফবা রাগ পুথোরকলে॥ ২০

অমদি অতুম ওইবা ব্রজগী ইবেম্মশিংনা শুদ্ধ (য়াম্নদবা) অমসুং সঙ্কীর্ণ (য়ান্নবা) স্বরগী নৈনতুনা মতুদি মথল লিশিংগী ইশৈ অমসুং লম্বেলগী তেংঙানবা অমসুং তেংঙান তোংঙানবা দেশকী মরোং থেন্নবদগী মথল মথা অয়াম্বা ইশৈ শকলকলে॥ ২১

জগোইগী মফমদা ব্রজগী ইবেম্মশিংগী ইশৈ অসি নোংজু থাদা নোংমংদবা (আকাশ) অত্তিয়াগী মতৌগুম্না সঘন (য়াম্না গম্ভীর) নি অমদি কাংসিগী খোনজেলনা নিনলি, য়েৎতুমগী মরুনা

যোঽয়ং মহান্ ধ্বনিরভূন্নটনর্ত্তকীনাং
মঞ্জীরসদ্বলয়কঙ্কণকিঙ্কিণীজঃ।
পত্তালসম্পদনুগামিতয়া চতুর্ষু
বাদ্যেষু তেষু কিল পঞ্চমতাং স লেভে ॥ ২৩ ॥
আস্যে গীতিস্তদভিনয়নং শ্রীকরে শ্রীপদাব্জে
তালো গ্রীবাকটিষু ধুবনং নেত্রয়োর্দোলনঞ্চ।
সব্যাসব্যাগমনগমনং তারকাস্যাং কটাক্ষঃ
কৃষ্ণাস্যাব্জে মনসিজসুখং বল্লবীনাং তদাসীৎ ॥ ২৪ ॥

---

মখুল লবগুম্না শুষিগী অমদি বাঁশীগী খোনজেল য়াওবা. অতিয়ানা অতিত অমদি য়াম্না শন্দোকপা অহুগুম্না য়াম্না তত অমদি বীণান-চিংবগী খোনজেলগা লোইনবা অমসুং মণিনা মতম পুম্নমক্তা পুনশিন্দুনা লৈবা, অহুগুম্না সৎ হায়বদি থোইদোক্না শন্দোক্তুনা লৈবা অতিয়াহু কোয়শিন্দুনা লৈ অমদি পুংগী খোনজেলগা লোইনন নিংথিনা নিনহুনা ঙাম্থোইরি ॥ ২২

নট নর্ত্তকী অমদি শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ব্রজগী ইবেম্মশিংগী মঞ্জীর, বনা কঙ্কণ অমসুং কিঙ্কিণীনচিংবা ময়ামদগী নিংথিবা অমসুং পুকনিং শোকপা খোনজেল অমা থোরকপা অহু ( মহান শব্দ অহু ) ইবুংঙো ইবেম্মশিংগী খোংথাংদগী থোরকপা খোনজেলগী তুংইন্দুনা অমদি যন্ত্র খুদিংগী খোনজেলগা তিম্নহুনা যন্ত্র খুদিংদা স্বরগী পঞ্চমগী ফিবম অহু য়োরমই ॥ ২৩

জগোই শাব মতমদা ব্রজগী নিংথিবীশিংগী মচিনদা ইশৈ খুৎতা অভিনয় অমদি অর্থ উৎপা খোং থম্বালনা তাল থাবা ওকশম অমসুং খাং নিকপা, মিৎ অনিনা মাইকৈ অনিদা লে উৎপা, য়েৎ অমসুং ওইদা হংগৎ হন্দ্রা চৎপা, থরানমিচাকত। লাপনা মিৎচিনা য়েংবা পুম্নমক অসিমক শ্রীকৃষ্ণগী মাইথোংদা কামগীদমক নুংঙাইবা পিনবা ওইনা থোকলে ॥ ২৪

জাতয়ঃ শ্রুতয়ো যাশ্চ মূর্চ্ছনাগমকাশ্চ যে।
নোচ্চরন্তি বিনা বীণাং কণ্ঠে তাংস্তাংশ্চ তা জগুঃ ॥ ২৫ ॥
অসংমিশ্রা জাতীঃ শ্রুতিগমকরম্যাঃ স্বরততেঃ
সমুন্নীয়ৈ যৈকা মুদিতহরিণা সাধ্বিতি গিরা।
পুপুজে তেনেয়ং তদপি চ তদায়াসমনয়দ্
ধ্রুবাভোগং সাস্মাদলভততরাং মানমধিকং ॥ ২৬ ॥
ছালিক্যনৃত্যে রাধায়া দেয়মন্যদপশ্যতা।
তুষ্টেনাস্যাঃ অর্পিতস্তস্যৈ কৃষ্ণেনালিঙ্গনচ্ছলাৎ ॥ ২৭ ॥
কৃষ্ণে কান্তাং নটয়তি মুদা কাপি বংশীপ্রগানৈ-
র্নর্ম্মোন্নীতং স্খলনমিহ সা তস্য দৃষ্ট্যা দিশন্তী।
তালং তস্য স্খলিতমপি সংভালয়ন্ত্যাত্মনো দ্রাক্
তং চাপ্যেষা নটয়তি তথা কাপি বীণাদিগানৈঃ ॥ ২৮ ॥

---

জাতি-শ্রুতি-মূর্চ্ছনা অমসুং গমক ( ইশৈগী স্বর মখলশিং ) বীণা য়াওদনা হায়দোকপা য়াদবা অহু, ইশৈ পুন্নমক অতু ব্রজগী ইবেম্মশিংনা মখোয়গী খোনজেলনা শকলমই ॥ ২৫

কনাগুম্বা গোপী অমনা স্বর নয়ামগী জাতি ময়ামবু অমগা অমগা তিন্নদনা অমসুং শ্রুতি গমকপু পুকনিং হুবা ওইনা লাউনা ইশৈ শকলবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইশৈ তাবদা হরাউরহনা "সাধু সাধু" হায়হনা গোপী অহুবু থাগৎলবদা, গোপী অহনা নিংথিনা পিগুম লৈরবদা, শ্রীকৃষ্ণনা মাবু হান্নদগী হেন্না নিংথিনা ইকাই খুম্নরমই ॥ ২৬

মতম অহুদা শ্রীরাধাগী ছালিক্য নৃত্য উবা অহুদা শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লহনা অতৈ করি পিহনা মহুগী মতিক চাই নিংত্রহনা আলিঙ্গন পিবা ওইনা মশাগী আত্মাবু পিগোকলমই ॥ ২৭

লিলাগী মতমদা করিগুম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা বংশী খোংহনা ইবেম্মবু হরাউনা জগোই শাহল্লবদা, ইবেম্মা শ্রীরাধানা করেম-নহনা ইশৈহু শোইহল্লবদা অমদি অরানবা কাবগী মতোদা মিং

কৃষ্ণেন রাধাহথ তয়া সমং হরি-
র্যথা নতর্ত্তাত্র জগাববাদয়ৎ।
সাহায্যকোংকাপি তয়োঃ সখীততি-
র্নালং তথাসাম্যতিগানবাদনে ॥ ২৯ ॥
তালাবসানে হরিরাত্মপাণি-
ন্যাসং প্রিয়াবক্ষসি সংবিধত্তে।
প্রিয়াপি সব্যেন করেণ তুষ্টা
নিরস্যতীশস্য করং রুষেব ॥ ৩০ ॥
জানুভ্যাং ক্ষিতিমালম্ব্য প্রসার্যৈকা ততো ভুজৌ।
কুঘূর্ণে কাঞ্চলীবেগক্ষিপ্তেব স্মরচক্রিকা ॥ ৩১ ॥

---

খৎতুনা য়াথং পিরবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইশৈ শকপা অমদি সখীশিংবু য়েংতুনা লৈরবদা মহাক্কী অশোইবা তাল অহুবু থুনা শেমজিন-লমই অমসুং করিগুম্বদা বীণানচিংবা যন্ত্রনা শ্রীকৃষ্ণ মশামকপু জগোই শাহল্লমই ॥ ২৮

রঙ্গস্থল অসিদা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা শ্রীরাধা অহুগী মতুংদা শ্রীরাধাগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণন', মাহুগুম্না জগোই, ইশৈ অমসুং যন্ত্রনচিংবা খোংলমই, সখীশিংনা মখোয়গী মতেং পাংনবগীদমক লাংতক্করবসু জগোই ইশৈ অমসুং যন্ত্র খোংবদা অহুপ নিংথিনা পাংথোকপা ঙমদে ॥ ২৯

তালগী অরোইবদা শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী থম্বালগী মতৌ ওইনা নিংথিবা খুৎ অহু ইবেম্মা কুংশিবীগী থবাক্তা থমলবদা অমসুং ইবেম্মা চান্নথোইবী শ্রীরাধানা পেনবা ওইরবসু মতুদি শাওবগী মতৌ ওইনা ওইথংবা খুৎনা চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎপু ইথোকলমই ॥ ৩০

কনাগুম্বী গোপী অমনা খুকউ অনিনা লৈপাক্তা লেপ্তুনা

লীলোৎসর্পাপসর্পাভ্যাং দোঃপ্রসারনিকুঞ্চনৈঃ।
অঙ্গাত্যঙ্গৈঃ স্পৃশস্ত্যন্যা নৃত্তিং চক্রেঽন্যতুর্করীং ॥ ৩২ ॥
স্পৃষ্ট্বা করেণৈকেন ভুবং কচিৎ পরা
দেহং পরাবৃত্ত্য মুহু মুহুর্দিবি।
পতন্ত্যনৃত্যদ্ভুবি সা কদাপ্যসৌ
বিনা তদালম্বনমম্বরে পরং ॥ ৩৩ ॥
ঊর্দ্ধে স্থিতোত্তানতন্বা বিভুগ্না
ক্ষীণোদরী পাঞ্চিগবেণিরেকা।
ননর্ত্ত পৃষ্ঠাততশিঞ্জনীকা
কৃষ্ট্বা তনো হৈম-ধনু-র্লতেব ॥ ৩৪ ॥

---

পাম্বোম অনি তিংথোক্ত্‌না য়াংনা লৈবা সনানা শাবা কামগী চক্রুদোনা লৈরে ॥ ৩১

অতোপ্পা কনাগুম্বা গোপী অমনা লীলাগীদমক উৎসর্পন অমস্তুং অপসর্পন অমদি হোগৎপা অমস্তুং চেনবা অমস্তুং পাম্বোম থুপচিনবা ( চিংশনবা ) অমস্তুং শন্দোকপা অমস্তুং হকচাংগী শরুক অমমমনা অতোপ্পা শরুক অমবু শোক্তুনা অতৈনা তৌবদা য়াম্না লুরবা জগোইত্থু শাম্নকলে ॥ ৩২

কনাগুম্বী ব্রজগী ইবেম্মনা করিগুম্বা রাসদা অমস্তুং করিগুম্বা মক্ষমদা অমদি থুৎ অমনা লৈপাক্তা পাইরগা অতিয়াদা মশা অত্থবু হন্না হন্না লৈহনা লৈপাক্তা তারগা জগোই শাই ; করি করিগুম্বদনা লৈপাক্তা ইতা তাদনা অমদি লৈপাক্তা লেপতনা অমদি অহাংবদা শগোই শারে ॥ ৩৩

অতোপ্পা কনাগুম্বী পুকশিৎপী গোপী অমনা মাই অত্থবু মথকলোমদা ওনহনা পুকপু কোন্দুনা শমজিবু পাঞ্চি অমদি খুনিং ফাওবা শাংদোকহন্দুনা অমদি য়োহন্দুনা নংগম. অত্থবু শন্দোকপা লিরুংগী মরোংদা লৈহন্দুনা জগোই শারে ॥ ৩৪

মঞ্জীরান্তর্গত বিবরগান্ কাপি ত লাম্বুরোথা-
দেকদ্বিত্রিক্রমবশভয়া বাদয়ন্তী কলাম্বান্।
সর্ব্বান্ কাপি স্থগয়তি পদৌ চালয়ন্ত্যত্যপূর্ব্বং
নৃত্যন্ত্যেষা গুণিভিরখিলৈঃ সাধুবাদৈঃ পুপূজে॥ ৩৫॥
গীতং বাদ্যঞ্চ নৃত্যং বিধিশিবরচিতং যচ্চ বৈকুণ্ঠলোকে
যল্লক্ষ্মীকান্তলক্ষ্মীচয়নয়রচিতং স্বেন যদ্যৎপ্রণীতং।
অন্যাগম্যং যদাত্তি ব্রজবরললনানর্ত্তকীভিশ্চ সৃষ্টং
রাসে কৃষ্ণস্তদেতন্মুহুরিহকুতুকী সর্ব্বমাভি র্ব্যতানীৎ॥ ৩৬॥
কাশ্চিৎ পশ্যতি কাশ্চ চুম্বতি পরাঃ সাকূতমালোকতে
কাসাঞ্চিদ্দশনচ্ছদৌ পিবতি সোহন্যাসাং কুচৌ কর্ষতি।

---

কনাগুম্বী গোপীনা থোং থাংহনা নূপুরগী ময়ায়দা লৈবা কলায়শিংহুবু তালগী থোংচংকী মতুংইন্না অমা অনি অহুম অস্তুম তৌনা মথং মথং খিংলে, অমস্তুং করিগুম্বদস্মু কলায় পুন্নমকপু মথোল অমতা থোকহনদনা য়াম্না অঙকপা জগোই শারে মাতু উরুরগা রঙ্গস্থলগী গুণ লৈবা পুম্নমকনা "সাধু, সাধু" হায়ত্তনা থাগৎনরে॥ ৩৫

বৈকুণ্ঠলোকতা শ্রীভগবানগী পেন্নবগীদমক য়াম্না চ্যেক-শিনবগা লোয়ননা ব্রহ্মা অমস্তুং শিবনচিংবনা লেংবা মথল পুন্নমক্কী ইশৈ, যন্ত্রগী ইশৈ ( স্বর ) অমস্তুং জগোই লক্ষ্মীকান্ত অমস্তুং লক্ষ্মীনচিংবনা লেংবা মথল পুন্নমক্কী জগোইনচিংবা অমস্তুং মশানস্মু লেংখিবা পুন্নমক ব্রজগী নিংথিরবী জগোই হৈরবী ইবেম্ম-শিংনা মী অতৈনা পাংথোকপা ঙমদ্রবা জগোই শেমত্রিবশিং অহু, রাসলীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধানচিংবা ব্রজগী নিংথিরবী ইবেম্মশিংনা জগোইশিং অহু পাংথোকলে॥ ৩৬

শ্রীকৃষ্ণনা জগোই শাহনা অম্মুম কোইরকপদা থংহোদনা গোপী খরবু য়েংলমই, গোপী খরগী চিম্বান মথা, খরগীনা চিম্বান

বক্ষোজে নখরানতর্কিতমধাৎ কাস্যাশ্চ নৃত্যে ভ্রম-
মেবং রাসমিষেণ তাঃ স রময়ন্ রেমে রসাব্ধৌ হরিঃ ॥ ৩৭ ॥

এবং গায়ন্ গায়য়ংস্তান্ স্বদারাং-
শ্চিত্রং নৃত্যন্নর্ত্তয়ন্নর্ত্তিতৈস্তৈঃ।
গীতৈশ্চৈতান্ শ্লাঘয়ন্ শ্লাঘিতৈস্তে-
রেমেঽত্যুচ্চৈর্বালকো বা স্ববিম্বৈঃ ॥ ৩৮ ॥

কাচিৎ সমাভ্রায় ভুজং নিজাংসে
স্যস্তং হরেঃ সাধুপটীরলিপ্তং।
আনন্দমগ্নোৎপুলকাশ্রুকম্পা
সংচুম্ব্য শম্পেব বভৌ স্থিরাবভ্রে ॥ ৩৯ ॥

---

মথক চুপলমই, গোপী খরবুনা ভাব অমগা লোইননা য়েংলমই, গোপী খরগী থবাক নিংথিরবা অহু পাইহুনা চিংলমই অমসুং গোপী খরগী থবাক্তা খুজিলনা খোৎতুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাসগী মরোংদা রসগী সমুদ্রদা শ্রীরাধানা চিংববু হুংঙাইবগী ইথক্তা তাউহন্দুনা ইবুংঙো মশামকসু মাহুগী ইথকনা য়ৈহুনা শননখোইরমই ॥ ৩৭

শ্রীকৃষ্ণনা অসুম তৌনা মশামক্কী চান্নখোইবা ব্রজগী নিংথিরবী ইবেম্মশিংবু ইশৈ অমসুং জগোই পাংথোকহন্দুনা মখোয়না মশামক্কীদমক ইশৈ শক্তুনা অমসুং জগোই শাহুনা, মশামকনসু ইশৈ শকলে অমসুং জগোই শারে অঙকপগী মশক ওইনা, মাহুদি মখোয়হুবু থাগৎতুনা অমসুং মখোয়হুনা মহাকপু থাগৎতুনা, অঙাংনা মশাগী মমি য়েংহুনা মাহুগা লোইননা শান্নবা অহুগুম্না গোপীশিংনা মশামকপু থাগৎতুনা মখোয়গা লোইননা মথল মথা অয়াম্বা রাসলীলা শান্নরমই ॥ ৩৮

কনাগুম্বা গোপীনা শ্রীকৃষ্ণগী চন্দন তৈবা পাম্বোম অহুবু মশাগী মরেংবান্দা থাজৎতুনা মনম নমলকলে অমসুং মাহুগীদমক হুংঙাইবগী ইপাক্তা লুপ্তুনা কম্প ( নিকপা ) অশ্রু ( পিতাবা )

সা নৃত্যজাশ্রান্তিরমুষ্য শাক্ষী-
র্বিশ্রাময়ামাস বিলাসবৃন্দাৎ।
স্নেহাকুলালীব বিভূষয়ন্তী
স্বেদাম্বুরৈর্স্তালকপোলস্রোতাঃ ॥ ৪০ ॥
শিথিলবসনকেশাঃ শ্বাসবেল্লৎকুচাগ্রাঃ
শ্রমজলঘৃতভালাঃ সালসাঙ্গ্যঃ ক্রিয়াস্থ।
ক্লমজনিতরুচাপি প্রেষ্ঠনেত্রাতিতুষ্টিং
পুপুষুরধিকমেতা রাসনৃত্যাবসানে ॥ ৪১ ॥
ফুল্লপুণ্ডরীকষণ্ডগর্ব্বখণ্ডিচক্ষুষো-
হিণ্ডদণ্ডজন্মকুণ্ডলেহস্য গণ্ডমণ্ডলে।

---

অমস্থুং তুজুংবনা মশা অহু লুপাপ্রহুনা লৈচিনময়ক্তা লেংদবা নোংথাংগুম্না তান্থোইরে ॥ ৩৯

মতম অহুদা জগোই শাবদগী পোকপা চোকথবা—অমদি হুংশিবনা লাংতকনরবা সখীগী মতোৌগুম্না ব্রজগী নিংথিরবাশিংগী লাইবক অমস্থুং খজাই অহু হুমাং মরিক মরিকনা লৈতেংলে মাংদি মখোয়মু রাস শান্নরিবা ময়ামগী মহুংদগী পোৎথাহল্লে অমদি মখোয়না কৃষ্ণসঙ্গগী লীলাদা পেনবা লৈত্রবস্থু, অহুম ওইনমক মতমগী মতুং ইন্দুনা লাকলিবা চোকথবগী পোথাবা অহু লৌখিরমই ॥ ৪০

গোপীশিংনা রাসগী জগোইগী অরোইবা মতমদা খাংজেৎ নমখাংনচিংবা অমস্থুং শম ইকোম কোমলকপা, স্বর ফুইনা হোল্লকপা অহনা নিংথিনা তোংলবা থবাককী মতোম অহু নিকলে, খজাই অহু জগোইগী অরাবগী খুদমনা ময়েক লানা লৈতেংলমই অমস্থুং থোইদোকপা থবক্তা হৈনিংদবা ওইহুনা অহুগী নোমবদগী পোকলকপা চোকথবনস্থু শ্রীকৃষ্ণগী মিৎ অনিগী থোইদোকনা হুংঙাইবা অহু পিরম্মী ॥ ৪১

কাপি তাণ্ডবাতিপণ্ডিতা স্বগণ্ডমণ্ডলং
ন্যস্য তেন দত্তমত্তি পর্ণপুগচর্ব্বিতং ॥ ৪২ ॥
স্বস্পর্শোৎপুলকাকীর্ণে তৎস্পর্শোৎপুলকাঙ্কিতং।
কৃষ্ণস্যাংসে ভুজং ন্যস্য বিশশ্রাম ক্ষণং পরা ॥ ৪৩ ॥
কুচশিরসি নিধায়ান্যোন্যসংস্পর্শহর্ষাৎ
পুলকিনি পুলকাঢ্যং স্বেদিনিস্বেদযুক্তং।
শতশত-শশিশীতং নৃত্যজক্লান্তিদিগ্ধা
স্বরমণকরমেকা শ্রান্তিশান্তিং জগাম ॥ ৪৪ ॥
মুহুঃ করাব্জেন দায়াব্ধিমগ্ন-
স্তাসাং মুখাৎ স্বেদজলানি কৃষ্ণঃ।

---

শাংকাইরবা থম্বালশিংগী নাপল মাংহন্নবগী মশক ওইবা মিৎনা মহাক্কী ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী ঙা কিহোমগী মশক মানবা কুণ্ডল নাইননা লৈতেংবা খজাইদা কনাগুম্বী গোপী অমনা মহাক্কী খজাই অতু নপননা থমহুনা শ্রীকৃষ্ণনা পিবা অশাইবা পানকা অতু চারে ॥ ৪২

কনাগুম্বী গোপী অমনা মহাক্কা শোকনবদা তুচুংবনা মশা পুন্নমক শিনথুংলবা শ্রীকৃষ্ণগী মরেংবাদা শ্রীকৃষ্ণ শোকনবদা তুচুংলবা মহাক্কী পাম্বোম অতু থাংগৎতুনা মতম খরা পোথাহুনা লৈরে ॥ ৪৩

কনাগুম্বী গোপী অমনা জগোইগী নোম্বদা চোকথরহুনা মহাক্কী তোংলবা থবাক অতুগী মতোন্দা শ্রীকৃষ্ণগী মখুৎ থমহুনা জগোইগী অরাবদগী পোথাবা ফংলে, মতম অসিদা ইবেম্মা অসিগী খোমগী মতোন অতু অম্মুক য়াম্না ক্বজরম্মী মহুদি অমগা অমগা শোকনবদগী হুংঙাইবনা তুংচুংলে অমম্মুং হুমাং শোরে অমম্মুং শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ অতুস্মু তুচুংলহুনা অমম্মুং হুগাং শোরহুনা থা চাম চামদগী হেন্নস্মু নিংথিনা ইংলে হায়না নিংলে ॥ ৪৪

সংমার্জয়ন্নপ্যশকন্নমাষ্টুং
তৎস্পর্শসৌখ্যাব্দিগুণীকৃতানি ॥ ৪৫ ॥
একাস্তু সখ্যামৃতদিগ্ধবুদ্ধিঃ
কান্তস্য সংব্যানপটাঞ্চলেন।
মমার্জ্জ সম্বেদজলং নিজাঙ্গং
স্বস্যাপি তেনাস্য চ তাদৃশং তৎ ॥ ৪৬॥
কৃষ্ণাঙ্গসঙ্গাদিবিলাসসিন্ধা-
বানন্দজালস্য তরঙ্গমগ্নাঃ।
ভ্রস্যৎস্বমাল্যাম্বরকুন্তলানাং
মাসম্মলং সম্বরণে মৃগাক্ষ্যঃ ॥ ৪৭ ॥

---

শ্রীকৃষ্ণনা থৌজালগী সমুদ্রদা লুপতুনা মশাগী মথুং থম্বালনা ব্রজগী নিংথিবীশিংগী মাইথোংদগী হুমাং মরিক মরিকশিংহু হন্না হন্না শেংদোকপিরবস্থ শ্রীকৃষ্ণগী মথুং থম্বালগা শোকনবদগী স্বাত্ত্বিক ভাব থোরকপদগী শরুক অনি হেন্না থোরকপা হুমাং অহু অমুক হেন্না তৈথোকপা ঙমদরে ॥ ৪৫

অতোপ্পা কনাগুম্বী গোপী অমনা সখাগী মশক ওইবা অমৃতদা লুপতুনা হুংশিবগী খাংজেৎকী মচিনা মহাক্কী মাইথোংগী হুমাং অহু অমস্থুং শ্রীকৃষ্ণস্থু গোপী অসিগী নমথাংগী মচিনা মহাক্কী মাইথোংগী হুমাং অহু তৈথোকলে ॥ ৪৬

কনা কনাগুম্বী গোপী খরনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং শোকনবগী মশক ওইবা লীলাগী সমুদ্রগী হুংঙাইবা পুন্নমক্কী মশক ওইবা ইথক অহুদা লুপতুনা মশাগী মাল্য ফিজেৎ অমস্থুং শম্নচিংবা পুন্নমক লুপখরবস্থ পুন্নমক অহুবু লোথোকচবা ঙমদরে ॥ ৪৭

---

সাত্ত্বিক ভাব—ইবেম্মশিংনা অমদি অথোইবা ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী রাখলদা লুপখিন্থনা মগল মখা অয়াম্বা ফিবম, হুমাং, পিত্তাবা......ওইবা।

ইত্থং সমাপ্য বিবিধাঙ্গমনঙ্গলিঙ্গং
তাভিঃ স্বমং সরস-রাসবিলাস নৃত্যং ।
প্রোত্তংস্মরং পুনরমুং রতিকেলিনৃত্যং
কর্ত্তুং সমুৎকমনসং হি বিবিক্ত বৃন্দা ॥ ৪৮ ॥
হিমবালুকবালুকেহমলে, পুলিনে সহ রাধয়াহচ্যুতং ।
বিনিবেশ্য তয়োঃ পুরঃ সখীনিচয়ং সগণাপ্যবাবিশৎ ॥ ৪৯
যুগ্মকং ॥

কুসুমফলরসৈস্তৈ ভূ্রিভেদৈঃ কৃতানি
মণিচষকভৃতানি স্বাদুবৈশিষ্ট্যভাঞ্জি ।
বিবিধফলবিদংশৈরন্বিতানি স্বধাৎ সা
হরি হরি দয়িতানামগ্রতঃ সন্মধূনি ॥ ৫০ ॥
প্রত্যঙ্গনাযুগলমধ্যমসৌ স্বশক্ত্যা
কৃষ্ণঃ স্ফুরৎস্তদধরামৃতবাসিতানি ।

---

অস্তুম তৌহুনা শ্রীবৃন্দাদেবীনা শ্রীকৃষ্ণগী মখল মথাগী হকচাং অমসুং অতোপ্পদা সিদ্ধ ওইবদা ওম্বা লৈত্রবা অতুন ওংবা সিদ্ধ ওইরবা ব্রজগী ইবেম্মশিংগা লোইননা রসনা তিল্লবা রাসবিহারগী ( রাস শাগ্নবগী ) জগোই অতু লোইরগা মতুদা কামগী ভাব অসি নিংথিনা থোরকপা অতুম ওইবা রতি কেলিগী জগোই অতু পাংথোক্লবগীদমক শ্রীকৃষ্ণগী লাংতকনবা পুকনিং অত্ত উত্থনা অইংবা লৈঙোই অমদি কর্পূরগী মতৌগুম্বা লুরবা লৈঙোইনা কুপলবা যমুনাগী তোর্ব্বানদা শ্রীরাধাগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণবু পুহুনা মথোয়গী মাংদা সখী পুম্নমকপু মাগী মাগী থবক্তা চংহল্লমই ॥ ৪৮—৪৯

অতুগী মতুংদা শ্রীবৃন্দাদেবীনা মখল মখা অয়াম্বা লৈ উহৈগী রসদগী শেমথ্রবা মহাও চেল্লবা থোইহিবু মণিনা শাবা পানপাত্রদা থম্না হাপলগা মখল মখা অয়াম্বা উহৈবু বিদংশ ওইনা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীরাধিকাগী মাংদা থমলে । ৫০

হারৈর্বিদংশসদৃশৈরপি তৈর্বিদংশৈ-
স্তাঃ পায়য়ন্নপিবদেষ মধূনি তানি ॥ ৫১ ॥
কন্দর্পমাধ্বীকমদাকুলাঙ্গীং
কন্দর্পমাধ্বীকমদানুশিষ্টে।
রাধাং সমাদায় হরৌ প্রবিষ্টে
বিন্যস্ততল্পং পুলিনান্তকুঞ্জং ॥ ৫২ ॥
কন্দর্পমদবৈক্লব্যাদঘূর্ণাপূর্ণেক্ষণাঃ সখীঃ
বৃন্দাপ্যাদায় কুঞ্জেষু পৃথক্ পৃথগশায়য়ৎ ॥ ৫৩ ॥
যুগ্মকং ॥
স্বাধীনভর্তৃকাবস্থাং প্রাপয্য রাধিকাং তয়া।
সহাযযৌ বহিঃ কৃষ্ণঃ স্ময়ন্ পূর্ণমনোরথঃ ॥ ৫৪ ॥

---

অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী শক্তি ফোংদোক্তুনা ইবেম্মা খুদিংগী মনাক্তা লৈহুনা ঙাম্নোইরে অমস্তুং ফাগী জুগাই তৌর তৌরহুনা মচিস্বান মথক্তা চিক্তুনা বিদংশগা লোইননা ইবেম্মশিং অতুবু মধু (খোইহি) পিথকলে, অমস্তুং মশামকস্তু থকলে ॥ ৫১

অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা কামগী অমস্তুং মধুগী ময়াইকাবা মহিদগী পোকপা ময়াইনা ঙাওহুনা কাম অমস্তুং মধুগী ময়াইনা হকচাং ঙাওচৎনরবী শ্রীরাধাবু লোইননা পুরহুনা নিংথিরবা ফমুংনা ঙাম্নোইরবা যমুনা মপানগী কুঞ্জ মনুংদা চংগ্রবদা বৃন্দাদেবীস্তু কামগী ময়াইনা তফিং তফিংলহুনা উদঘূর্ণাদগী পূর্ণাক্ষা ওইরবা সখীশিংবু পুরহুনা তোংঙান তোংঙানবা কুঞ্জদা তুম্নবা পুশিনখরে ॥ ৫২—৫৩

অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু স্বাধীনভর্তৃকাগী ফিবম অতু ফংহনবিরগা অমদি লীলাগী (শান্নবগী) মতুংদা ইবেম্মগী

---

শ্রীকৃষ্ণ কাইনবদগী শ্রীরাধাগী অঙাওবগী মতৌ মথল অমা—কুঞ্জভবন্দা শয্যা শেমববু উরগা চৈ, অমম্বদা অভিসারিণী ওইনা ইবুংঙো উম্নবা চংলি—উম্নখি।

তয়েরিতঃ স কুঞ্জেষু প্রবিশ্য যুগপৎ পৃথক্।
স্বাধীনভর্তৃকাবস্থাং প্রাপয়ামাস তাঃ সখীঃ॥ ৫৫॥
নির্গতঃ কুঞ্জনিকরাৎ কৃষ্ণস্তাভিরলক্ষিতঃ।
একঃ সন্ রাধিকাম্যা গাৎ স্বদর্শনমৃহুস্মিতাং॥ ৫৬॥
তত্রাগতা কুঞ্জতেতেনির্বীতা
দৃষ্ট্বা নিজালীং পুরতো হসন্তীং।
যত্নাবৃত স্বাঙ্গচয়ালিপালি-
র্মত্রাননা লোলদৃগেতয়োচে॥ ৫৭॥
যো নায়কঃ সোঽত্র স বৃন্দয়া ময়া
রঙ্গে স্থিতঃ কাপি গতো নহি ক্ষণং।
নানর্ত্তয়দ্বো রতিনর্ত্তনেঽহসকৌ
দশে দৃশী বো বপুষঃ কুতোঽভবৎ॥ ৫৮॥

---

পুকনিংগী মতুংইন্না মহাক্বী ফিজেৎ লৈতেং অহু পাংথোক্তুনা মহাক্বা লোইননা পুকনিংগী অপাম্বা অহু থুংলহুনা নোকল-নোকলহুনা কুঞ্জগী মপানদা থোরকলে॥ ৫৪

অতুগী মতুংদা শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণবু থারক্তুনা সখী থুদিংবু কুঞ্জদা চংহল্লগা তোংঙান তোংঙান্না হান্নগী মতৌগুম্না ইবেম্মশিং অহুবু স্বাধীনভর্ত্তৃকাগী ফিবম অহু কংহল্লে॥ ৫৫

অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা সখীশিংনা উহৌদনা কুঞ্জগী মহুংদগী মপানদা থোরক্তুনা মতোমতা ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা হুংশিনা মোমোন নোকপা শ্রীরাধাবু মিৎয়েং তারম্মী॥ ৫৬

শ্রীরাধানা কুঞ্জগী মপানদা উরমই মহুদি সখী পুম্নমকনা হকচাংদা থাংজেৎ নমথাংনচিংবনা লৈতেংলহুনা নোকলমই, ফিবম অসিদা ইবেম্মনা ইকাইবনা মরু লুকথরহুনা হায়রমই॥ ৫৭

---

স্বাধীনভর্ত্তৃকা—ইবুংঙোনা ইবেম্মা অহুগী মথা পোনহুনা ইহৎ তৎতনা মাগী মনাক্তা লৈবা, ইবেম্মা অহুবু অমুম্মা কৌই।

হরি ঈসন্নাহ নিকুঞ্জরঙ্গে
নট্যস্থিমা মূর্ত্তিমতোজ্জ্বলেন।
রত্যাখ্যনৃত্যে রসনায়কেন
সংনর্ত্তিতা যৎ স্ফুটতত্ত্বদক্ষাঃ ॥ ৫৯ ॥
কৃষ্ণে স্বসখ্যাং প্রণয়োদগতের্ষ্যা-
স্তা উচুরস্মিন্ রতিনৃত্য এসা।
ত্বাং নর্ত্তয়ন্তী সততং গুরুস্তে-
কর্ত্তুং ত্বয়া বাঞ্ছতি নঃ প্রশিষ্যাঃ ॥ ৬০ ॥

---

নায়ক শ্রীকৃষ্ণ অহুনা রঙ্গস্থল অসিদা বৃন্দা অমস্তুং ঐগা লোইননমক লৈবনি, ঙহাক্তসু মপান্দা থোকপা লৈতে, অসিগুম্বা নায়ক অসিমকনা নথোয়বু রতিনর্ত্তনদা জগোই শাহল্লে অহুদা নথোয়গী হকচাংদা অসিগুম্বা ফিবম অসি করম্না ওইথ্রবগে ॥ ৫৮

রা অসি তারহুনা শ্রীকৃষ্ণনা নোকল নোকলহুনা হায়রমই মহুদি মূর্ত্তিগী মশক ওইনা লৈবা রস নায়বা অমদি রসশ্রেষ্ঠ ( রসগী অথোইবা ) অমদি রসগী মশক ওইবা নায়ক শ্রীকৃষ্ণ ঐনা উজ্জ্বলতম অমদি শৃঙ্গার রসনা কুঞ্জগী মশক ওইবা রঙ্গস্থল অসিদা ব্রজগী নিংথিবীশিং অসিবু মতিক চানা জগোই শাহল্লে, মরম অহুনা মথোয়গী হকচাংদা জগোইগী থুদমশিং অহু ঙ্কোংদোক্তুনা লৈরে ॥ ৫৯ ॥

অহুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণদা অমস্তুং মহাকী সখী শ্রীরাধাগী মফমদা মুংশিবদগী থোরকপা কল্লকপগা লোইননা হায়রকই, “হে কৃষ্ণ! ঐথোয়গী ইতা ইবেম্মা শ্রীরাধানা অম্মুম ওইবা রতিগী নৃত্য অসিদা মতম পুম্নমক্তা নংবু জগোই শাহল্লি, অহুনা মহাকমকনা নংগী গুরুনি জগোইগী মরমদা, অমস্তুং

---

রতিনর্ত্তন—কামগী জগোই।

নিজেচ্ছয়া যাত্র গুরূপসত্তিঃ
স্যাচ্ছিষ্যতা শাস্ত্রমতা তয়ৈব।
বলাৎকৃতা নৈব ততো ন শিষ্যা-
বয়ং গুরুস্ত্বং বিফলঃ শ্রমো বাং॥ ৬১॥
জানাসি নো নো নকুলাঙ্গনানাং
বৃত্তিং বিশুদ্ধাং সখি ভোগিনি! ত্বং।
তথাপি সম্পাদয়িতুং স্বসাম্যং
কিং খিদ্যসে প্রের্য্য বৃথা ভুজঙ্গং॥ ৬২॥
ইত্থং বিধায় পুরুনর্ম্মবিহারনৃত্যং
তাভিঃ সমং মদকরীব করেণুভিঃ সঃ।
তত্তচ্ছমাপনয়নায় কলিন্দপুত্র্যাং
কর্ত্তুং সমারভত বারিবিহারনৃত্যং॥ ৬৩॥

---

নহাক্কী মরমদগী ঐখোয়বুস্মু অনুশিষ্য অমদি শিষ্যগী শিষ্য ওইহনগে নিংলি॥ ৬০॥

মশাগী ইচ্ছা ( পামজবা ) অমদি শিষ্যগী ইচ্ছাদগী গুরুপসত্তি অমদি গুরুসেবা অসিবু শাস্ত্রদা শিষ্যতা হায়নৈ ভৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা গুরুসেবা অসি নহাক্কা নমদুনা শেমলে, অমরোমদা মদু মতিক চাবা নত্তে, মরম অদুনা ঐখোয় শিষ্য! নত্তে, নখোয় অনিনা হোৎনরিবা অসি অরেম্বনি॥ ৬১॥

হে সখি! হে ভোগিনী ( নি )! হে লিল অমোম! ঐখোয়দি খৈরোই অমোমনি, ঐখোয়গী পুকচেল শেংবসি নংদি খংবা নত্তে, অদুম ওইনমক নহাক্কা মান্নবনি হায়বা উৎনবগী-দমক নহাক্কী নবুংঙো লোনম চাওবা অদুবু থারক্তুনা কক্বিগীদমক নপুকনিং অরেম্বদা রারিবনো॥ ৬২॥

ময়ায় কাবা শামুনা শামু অমোমশিংগা লোইননা জগোই শাত্তনা শান্নরুরগা তুরেন্দা কুমথরগা পোথাক্লুনা লৈ, অদুগুমদুনা

তোয়ে তদোরুদ্বয়মূলে কদাচিৎ
স নাভিমাত্রে রুচ কণ্ঠদঘ্নে।
আকৃষ্য তা দোভিরলং নিষিক্তঃ
প্রিয়া হসংস্তাঃ কুতুকী ন্যষিঞ্চৎ॥ ৬৪॥
একৈকাভিঃ পঞ্চষাভিঃ সমস্তাভিঃ পৃথক্ পৃথক্।
নানালীলাগ্রহাৎ তাভির্ব্যাত্যুক্ষীং বিদধে হরিঃ॥ ৬৫॥
জয়ে তৎ তৎ সমাদাতুং গ্রহং দাতুং পরাজয়ে।
অনিচ্ছুভির্দ্বয়ং কর্ত্তুং স তাভিঃ কলহায়তে॥ ৬৬॥
রাত্রৌ চ চক্রমিথুনেন যুতানি ভৃঙ্গঃ
ফুল্লাম্বুজানি পিবতাতি হরৌ ক্রবাণে।

---

শ্রীকৃষ্ণনা চায়বীশিংগা লোইননা অতুদগী হেন্না জগোই শায়রুরগা অতুম্বা জগোই অতুগী অরাবদগী পুকনিং লেনথোকনবগীদমক কলিন্দগী মচাতুপী যমুনাদা জলবিহার জগোই হৌরকলে॥ ৬৩॥

অমরোমদা যমুনা অসিগী করিগুম্বা মফমদা থুকউ ফাওবদা লুই করিগুম্বা মফমদা থাং ফাওবা লুই কদাইদনা খোরি য়োবা ইশিংদা চৎতুনা শ্রীকৃষ্ণনা চোকথরবা ইবেম্মশিং অতুবু ইশিং অতুদা পুথখিতুনা মথোয় মশেল চোৎলতুনা য়ায়া হরাওনা ইশিং চাইতুনা শায়রকলে॥ ৬৪॥

অতুগী মতুংদা অমা অমা, মণ্ডা মণ্ডা, তরুক তরুক, অমদি গোপী পুম্নমক্না লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা তোংডান তোংডান্না মকোই অমমমদা অমমম ওইনা মথল মথা অয়াম্বা পোনথা শিংনতুনা ইশিংদা শোকনরকলে॥ ৬৫॥

অমম্মুং অতোপ্পবু জয় তৌতুনা (ভমতুনা) মথোয়গী মফমদগী পোনথা লৌগদগী অমম্মুং মাইথিরগা পোনথা পিরকলে, অতুদা পিবা অমম্মুং হনবা থবক অসিদা য়াওনিংদবা মথোয় অতুগা লোইননা থৎনয়রকলে॥ ৬৬॥

দোঃস্বস্তিকেন কুরুমুর্দ্ধদরং স্ত্রিরস্তাতা-
বাসোঽঞ্চলেন বদনঞ্চ বিশঙ্কিতা প্রাক্ ॥ ৬৭ ॥
নিজদৃষ্টিবিজিতশফর্য্যা ঘট্টিতপ্রস্থতা স্বয়ং হরিং চকিতা।
যৎ পরিরেভে রাধা সখ্যং মেনে স তেনাস্যাঃ ॥ ৬৮ ॥
কমলাকমলি সখীনাং কমলাকমলি চ বিসাবিসি প্রধনং।
স্বদতুং তৎ পশ্যত ইহ দুরাচ্চিত্রং হরের্মনো বিজিতং ॥ ৬৯
দ্বিত্রাভিঃ পঞ্চষাভিশ্চ সপ্তাষ্টাভিঃ সহাচ্যুতঃ।
ব্যতনোন্মণ্ডলীভূয় জলমণ্ডুকবাদ্যকং ॥ ৭০ ॥

---

"অহিংগী মতমদা চক্রবাক লাবা অমোমনা তিন্নরবদা খোইমুনা মকা ফন্না শাকাইরবা থম্বালগী লৈহি চুপকদগী হোৎনরকই" শ্রীকৃষ্ণনা রা অসি হায়রবদা চান্নথোইবীশিংনা পুক্লিংদা চিংনরহনা ওই অমস্থং য়েৎকী পাম্বোম অনি স্বস্তিক্কী মওংদা থমহনা স্তনযুগল অহু অমস্থং খ্বাংজেৎকী মচিনা মখোয় খুদিংগী থম্বাল মানবা চিন অহু থুমজিল্লমই ॥ ৬৭ ॥

শ্রীরাধাগী মিৎয়েংদা মাইথিরবা শফরীনা ইকাইবনা শ্রীরাধাগী থম্বাল মানবা খোং অনিগী মরক্তা চংথিহনা চরণ শোকলবদা শ্রীরাধানা ঙকলহনা মবুংঙোবু আলিঙ্গন তৌরমই, মাহুদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী সখ্যভাবনি হায়বা পুকনিংদা নিংলমই ॥ ৬৮ ॥

অহুগী মতুংদা সখীশিংনা অমগা অমগা থম্বাল ইশিং অমস্থং থমনা মখোকনা চিংবনা লাল শোকনরমই, মাহুদা সখীশিং কনাগুম্বনা জয় ওইবা নত্রগা মাইথিবা ওইরমদে, তৌইগুম্বস্থং কৃষ্ণনা মখোয়বু অরাপ্পদগী উবা অহুদা মহাকী পুকনিং অহু মাইথিরমই, মাহু য়াম্না অঙকপা রানি হায়বা তাই ॥ ৬৯ ॥

অহুম ওইনমক অহুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগী ইবেম্মা অনি অহুম মঙা তরুক অমস্থং তরেৎ নিপানগী মণ্ডলী ( মকোই ) শেমহনা জল মণ্ডুকী যন্ত্র শেমহনা শান্নোকলমই ॥ ৭০ ॥

নির্লেপতাং কুচযুগানি নিরঞ্জনত্বং
নেত্রাণি মোক্ষমগমন্ রসনাঃ কচাশ্চ।
নীব্যশ্চ নির্গুণদশাং সহহারমাল্যা-
মগ্নাস্তু তদ্ঘনরসে রমণীষমুখাং ॥ ৭১ ॥

আলেপনালঙ্করণৈরমুষা-
মনাবৃতা বারিবিহারধৌতা।
ক্লিন্নাম্বরোত্থৎসহজাঙ্গশোভা
লোভায় কৃষ্ণস্য দৃশোস্তদাসীৎ ॥ ৭২ ॥

তাসাং বক্ষশ্চন্দনৈঃ শ্বেততোয়া
কৃষ্ণা সাম্যং গঙ্গয়াহসৌ গতাপি।
শৌরে স্তত্তৎকেলিসৌভাগ্যলাভা-
ত্তাভিঃ শশ্বৎ সুষ্ঠ সা তামজৈষীৎ ॥ ৭৩ ॥

মতম অত্তুদা ব্রজগী ইবেম্মশিংনা ঘনরস অমদি পুন্নমক্তা ইশিং মহুংদা লুপতুনা লৈবনা মখোয়গী স্তনযুগল অত্তু কুঙ্কুম-নচিংবা তৈবা কোকখরে মিৎশিং অত্তুসু কাজ্জল কোকখরে রসনা অমদি মেখলাগী শরিক মচাশিং, শম অমসুং খাং থৌরি কোম-থোকলে অমসুং মুক্তা পরেং তৎলকলে ॥ ৭১ ॥

অমুম তৌত্থনা গোপীশিংনা জলক্রীড়াদা য়াম্না চংপ্রবদা মখোয়গী অচোৎপা মশাদগী থোরকপা নিংথিবশিং অমু আলেপনগী মশক ওইবা লৈতেংনা কুপ্পা অত্তু জলবিহারনা (ইশিংদা শান্নবনা) চামথোকখিবা অত্তুদা শ্রীকৃষ্ণগী মিৎ অনিত্থু য়াম্না মিহোরে ॥ ৭২ ॥

গোপীশিংগী কুচ-চন্দননা কালিন্দীগী ইশিং অত্তু ঙৌরবদা কৃষ্ণা অমদি যমুনা অসি গঙ্গাগা মান্নরবসু শ্রীকৃষ্ণগী অত্তুম ওইরবা

জল—ইশিং, মণ্ডুক—পুংগী তাল মখল অমা, তাল অমা ফাক অমা মতুংদা তাল অহুম ফাক অমা। আলেপন—কুঙ্কুমনচিংবা তৈবা।

ইত্থং বিধায়াম্বুবিহারনৃত্যং
কান্তঃ সকান্তাভিরবাপ্ততীরঃ।
সখীকুলৈর্মার্জিতকেশবর্ম্ম
দধার প্রত্যুদ্গমনীয়বস্ত্রং ॥ ৭৪ ॥
বৃন্দা তাভিঃ সমং কৃষ্ণমানীয় স্বর্ণমণ্ডপং।
তৎপূর্ব্বকুট্টিমে পুষ্পাস্তরণে তং ন্যবীবিশৎ ॥ ৭৫ ॥
ততঃ সবৃন্দোপনিনায়বৃন্দা
কল্পাগবল্লীফলসম্পুটাংস্তান্।
পূর্ণান্ বিচিত্রাম্বরভূষণানু-
লেপাঞ্জনৈর্নাগজবর্ণ কৈশ্চ ॥ ৭৬ ॥

---

জলকেলিগী (ইশিংদা শান্নবগী) মশক ওইবা লাইবক ফবা অদু ফংহুনা, গোপী ময়ামগী পান্থৈনা গঙ্গাবু মাইথিবা পিরে ॥ ৭৩ ॥

শ্রীকৃষ্ণনা অদুম তৌনা ইশিংমনুংদা শান্নবা, জগোই শান্নবগী থবক লোইরহুনা ইবেম্মশিংগা লোইননা তোর্ব্বানদা থুংলরে অমসুং সখীশিংনা শম অমসুং হকচাংগী শরুকশিং অদু তৈথোকনবা ফিনা শেংদোকলবা মতুংদা শুরবা থাংজেৎ নমথাং অনি শেংচিল্লে ॥ ৭৪ ॥

অদুগী মতুংদা বৃন্দাদেবীনা গোপীশিংগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণবু সনাগী মণ্ডপতা পুখরে অমসুং অদুগুম্বা বেদিকাগী মথক্তা লৈগী ফমুংথক্তা মথোয়শিং অদুবু তুমহল্লে ॥ ৭৫ ॥

অদুগী মতুংদা বৃন্দাদেবীনা সখীশিংগা লোইননা তিন্নহুনা কল্পতরুগী মহৈ অদু নিংথিরবা ফি, লৈতেং তৈনবা সিন্দুর অমসুং চন্দননা লৈত্তেংলগা, নিংথিরবা পাত্রদা হাপলগা শ্রীকৃষ্ণনা চিংবগী মনাক্তা পুরক্লুনা পিররে ॥ ৭৬ ॥

---

বেদিকা—থাংথংলা মফম। কল্পতরু—নিংঙবা পিবা উ৬।

তত্তন্নামাঙ্কিতানালীতত্তিন্নাদায় পেটকান্ ।
কৃষ্ণং রাধাং সখীশ্চামূঃ পৃথক্ পৃথগভূষয়ন্ ॥ ৭৭ ॥
হরিরুজ্জ্বলরসমূর্ত্তী রতিপরিণতিমূর্ত্তয়ো হি রাধাদ্যাঃ ।
বিধুরয়মস্য কলাস্তা একাত্মানোঽপি তৎপৃথগ্দেহাঃ ॥ ৭৮ ॥
মিথঃ স্নেহাভ্যঙ্গরম্যাঃ সখ্যোদ্বর্ত্তনসুপ্রভাঃ ।
তারুণ্যামৃতসুস্নাতা লাবণ্যরসনোজ্জ্বলাঃ ॥ ৭৯ ॥

---

অমস্মুং সেবাদা থরাই য়াওরবী সখীশিং অছুনা অস্থুগুম্বা পাত্রশিং অত্থু শ্রীকৃষ্ণনচিংবগী মিং ইরগা লাক্নুনা শ্রীকৃষ্ণ শ্রীরাধা অমস্মুং অথোইবী সখীশিংদা (ললিতা শ্রীবিশাখানচিংবদা) তোংঙান তোংঙান্না লৈতেংগী মশক ওইনা কৎলে ॥ ৭৭ ॥

শ্রীকৃষ্ণদি ঙাল্লবা রসমূর্ত্তিনি অমদি শৃঙ্গার রসকী স্বরূপনি মূর্ত্তিনি, শ্রীরাধানচিংবদি রতিগী মপুং ফাবগী অরোইবা মূর্ত্তিনি অমদি শৃঙ্গার রসকী লেংদবা মতৌ রত্তিগী মপুং ফাবা ফিবমগী মূর্ত্তিগী মশকনি। মাহুদি শ্রীকৃষ্ণনা থাগী মশকনি অমস্মুং শ্রীরাধান-চিংবনা মাগী কলাগী মশকনি মরম অসিনা চন্দ্র অমস্মুং কলানা আত্মা অমত্তা ওইরবস্থু তোংঙান তোংঙানবা হকচাং লৌবা ওইনা লৈরি ॥ ৭৮ ॥

অছুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা শ্রীরাধা অমস্মুং সখীশিংগী আত্মা অমতনি হায়বা অসি শ্লোক মরিদা বর্ণনা তৌখ্রে, মাহুদি শ্রীরাধানচিংবা চান্নথোইবীশিংগা শ্রীকৃষ্ণগা তিন্নরগা অমগা অমগগী হুংশিনবা অছুনা হকচাং অমস্মুং শমতৈনবা থাওগী মশক ওইনা লৈতেংছুনা নিংথিরবা অমস্মুং পুক্লিং হুরবা সখ্যভাবকী মশক ওইছুনা ইরুজবা মতমগী তৈনবা থাওদোন্না নিংথিনা লৈতেংহল্লে, যৌবনগী মশক ওইরবা অমৃতনা ফজনা ইরুজরবা অমস্মুং পুক্লিং হুরবগী (লাবণ্যগী) মশক ওইবা ফিজেৎনা ঙাম্মোইরে ॥ ৭৯ ॥

মিথঃসৌভাগ্যতিলকাঃ সৌন্দর্য্যাম্বকাঙ্ক্ষিতাঃ।
অষ্টাভিস্তিভির্দ্ধিত্রান্যাশ্চ তস্যাধৈর্য্যাবৰ্ণকৈঃ ॥ ৮০ ॥
কিলকিঞ্চিতবিব্বোকাদ্যুন্মাদোৎসুকতাদিভিঃ।
নানাভাবৈরলঙ্কারৈঃ স্বর্ত্তুলক্ষত্মমূর্ত্তয়ঃ ॥ ৮১ ॥
সপ্রিয়াস্তাঃ প্রিয়া যত্নপ্যন্তরিত্থং বিভূষিতাঃ।
প্রিয়ালিভি র্বহিরপি ভূষিতা ভূষণৈর্বভুঃ ॥ ৮২ ॥
চতুর্ভিঃ কুলকং ॥

অনঙ্গগুটিকাং সীধুবিলাসং তুঙ্গলড্ডুকং।
আনীতং রূপমঞ্জর্য্যা যদনানি বৃন্দয়া বনাৎ ॥ ৮৩ ॥

---

অমস্তুং মথোয় মশেলগী লাইবক ফবগী মশক ওইবা চন্দনন৷ লৈতেংলবা, নিংথিবগী মশক ওইবা ইরং লংবা স্তম্ভ স্বেদনচিংবা মথল নিপানগী স্বাত্ত্বিক ভাবনা লৈতেংলবা হকচাংনা মথোয়গী ওইবনি ॥ ৮০ ॥

কিলকিঞ্চিত বিব্বোক উন্মাদ অমস্তুং ঔৎসুক্যনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা ব্যভিচারিভাব অমস্তুং অঙ্গজ অমস্তুং স্বভাবজ ওইবা মথল মথা অয়াম্বা লৈতেংনা নিংথিনা থোগনহুনা ভাম্বোইরে ॥ ৮১ ॥

অস্তুম তৌহুনা চান্নথোইবীশিং অহুনা মবুংঙোগা লোইননা তিন্নহুনা লৈবা অহনা পুক্লিংদা নিংথিনা লৈতেংহুনা লৈরবস্তু সখীশিং অহুনা মথোয়বু মথল মথা অয়াম্বা লৈতেংনা লৈতেংহনবা অহুদা ফজবা অহু শরুক অনি ওইখ্রে ॥ ৮২ ॥

অহুগী মতুংদা লুকহাবগী থবক্তুস্তু মথোয়গী পুক্লিং অমতা ওইবা মতৌ উহল্লি মহুদি—অহুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনচিংবগী হানবগী দমক রূপমঞ্জরীনা অনঙ্গগুটিকা অমৃতবিলাস শংগোম অমস্তুং লড্ডুনচিংবা পুরকলে অমস্তুং শ্রীবৃন্দাদেবীনা মক্ক অমস্তুং মকুনা-চিংবা য়াওদবা থোইহিগুম্না মহাও লৈরবা অমস্তুং মনম হুংশিরবা

কলানি রসমনুপানি মধুভুজ্যরসানি চ।
তান্তম্ব.চম্য তাভিঃ স বিবেশ কেলিমন্দিরং ॥ ৮৪ ॥

যুগ্মকং ॥

তস্মিন্মুক্তচতুর্দ্বারি যমুনানিলশীতলে।
কোটিসূর্য্যাংশুসদৃক্চন্দ্রাংশুপ্রবরোজ্জ্বলে ॥ ৮৫ ॥
মনোজকেলীনিলয়ে হগুরুধূপাতিসৌরভে।
বিন্যস্তরত্নপর্য্যঙ্কে হংসতুলিকয়ান্বিতে ॥ ৮৬ ॥
সূক্ষ্মাম্বরাবৃতাবৃন্তসংপুষ্পাস্তরণোপরি।
নানোপধানচিত্রান্তে কৃষ্ণঃ সুষ্বাপ কান্তয়া ॥ ৮৭ ॥

সন্দানিতকং ॥

পর্য্যঙ্কপার্শ্বস্থিতখট্টিকাযুগে
সুখং নিবিষ্টে ললিতাবিশাখিকে।
কৃষ্ণাস্যতাম্বুলসুচর্ব্বিতাননে
তাম্বুলমাস্বাদয়তাং নিজেশ্বরৌ ॥ ৮৮ ॥

---

উহৈ পুরকলে, শ্রীকৃষ্ণনা পুন্নমক অত্থ শ্রীরাধাগা লোইননা চারগা আচমন তৌরগা কেলিমন্দিরদা লেংশিনখরে ॥ ৮৩—৮৪ ॥

অত্থগী মতুংদা থোং মরি হাংদোকলবা যমুনাগী ইংলবা নুংশিৎনা ইংলবা, নুমিৎ কোটিগী মঙালগা মান্ননা লংলবা, মণি ময়ামগী মঙালনা লংলবা, কামকেলিগী লৈফম ওইরবা, অগুরু ধূপকী মনমনা নিংথিনা নুংশিরবা, মাথুদা মণিগী ফমুংথাবা হংসতুলিকানা মরাংকাইনা লৈবা, ফমুংগী মথক অত্থ অথোৎপা ফিনা অমস্নুং মথোক পান্দবা লৈনা কুপ্পা অমস্নুং মখল মথা অয়াম্বা মোননা শন্দোকনা লৈবা কমুং অত্থগী মত্থুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগা লোইননা হিপখরে ॥ ৮৫—৮৭ ॥

মতম অত্থদা ফমুংগী নাকনদা লৈবা অপিকপা কমুং অনিদা কমহুনা ললিতা বিশাখানা মবুংঙো মবেম্ম শ্রীরাধাকৃষ্ণগী তাম্বুল

শ্রীরূপরতিমঞ্জর্য্যৌ পাদসম্বাহনং তয়োঃ।
চক্রতুস্তাপরা ধন্যা ব্যজনৈস্তাববীজয়ন্‌॥ ৮৯॥
কথং তৌ পরিচর্য্যেত্থং নির্গতাঃ কেলিমন্দিরাৎ।
সখ্যস্তাঃ সুষুপুঃ স্বে স্বে কল্পবৃক্ষলতালয়ে। ৯০॥
শ্রীরূপমঞ্জরীমুখ্যাঃ সেবাপরসখীজনাঃ।
তল্লীলামন্দিরবহিঃকুট্টিমে শিঞ্জিরে সুখং॥ ৯১॥
যৎপালিতং তাতমুখৈর্বিবর্দ্ধিতং
লীলারসৈর্মিত্রগণৈর্নিষেবিতং।
ভক্তৈঃ সদাস্বাদিতমেতদালিভিঃ
শ্রীরাধয়া কৃষ্ণরসামৃতং ফলং॥ ৯২॥

---

সেবা তৌরমই অমসুং শ্রীরাধাকৃষ্ণস্নু অশাইবা ক্য অহু ললিতা বিশাখাগী মচিন্দা পিহুনা মখোয় অনিনা চারমই॥ ৮৮॥

মতম অহুদা শ্রীরূপমঞ্জরী অমসুং রতিমঞ্জরীনা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী চরণ সম্বাহন অমসুং অতোপ অতোপ্পা অথোইবা ধন্য লৈবা সখীশিংনা চামর থোগল তোরে॥ ৮৯।

অসুম তৌহুনা সখীশিংনা মতম থরা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী থোগল তৌরগা বিলাস মন্দিরদগী মপান থোকখ্রগা মাগী মাগী কল্পতরুগী লতা কুঞ্জদা চৎথিহুনা তুমখরে॥ ৯০।

অহুগী মতুংদা শ্রীরূপমঞ্জরী অসিনচিংবা সেবাদা থরাই লুপলবা সখীশিংনা অহুগুম্বা লীলা মন্দিরগী মপান্দা লৈবা বেদিকাগী মথক্তা হুংঙাইনা তুমখ্রে॥ ৯১॥

অসুম তৌহুনা শ্রীকৃষ্ণগী নিশান্ত হায়বদি অহিং লোইবা ক্ষাওবগী অষ্টকালীন (মতম নিপান) গী লীলা বর্ণনা লোইহুনা মহাক্কী মনাইনচিংবা মখল মরি অমদি দাস (মনাই) সখা (মমারবা) পিতা (মপা) মাতা অমসুং প্রিয়া (চান্নথোইবী) শিং অসিগুম্বা মখল মরিগী পরিবারগী (ইমুং মহুংগী মীগী)

কৃষ্ণস্তু বৃন্দাবিপিনেঽত্র রাধয়া
লীলা অনন্তা মধুরাশ্চকাসতি।
ক্ষণে ক্ষণে নূতননূতনাঃ শুভা-
দিঙ্ মাত্রমেতন্ময়কা প্রদর্শিতং ॥ ৯৩ ॥
শ্রীরূপদর্শিতদিশা লিখিতাষ্টকাল্যা
শ্রীরাধিকেশকৃতকেলিততি র্ময়েয়ং।
সেবাঽস্তু যোগ্যবপুষাঽনিশমত্র চান্ত্যা-
রাগাধ্বসাধক জনৈর্মনসা বিধেয়া ॥ ৯৪ ॥

---

মনুংদা মধুর পরিবার হায়বদি চান্নথোইবীশিংনা খাইদগী হেন্না নুংঙাইবা ওই, মাহুদি—শ্রীনন্দ যশোদানা য়োকখৎলিবা রসকী ফল অহু শ্রীসুবল মধুমঙ্গলনচিংবনা ইতৎ তৎতনা হেনগৎহল্লি, অহুগা অহুগুম্বা ফল অহু শ্রীরক্তক পত্রক অসিনচিংবা মনাইশিংনা মাহু ইতৎ তৎতনা সেবা তৌহুনা লৈ, অহুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণরূপকী রসামৃত ফল অহু সখীশিংগা লোইননা শ্রীরাধানা মধুররূপকী লীলা রসনা মতমলৈবা থিবিক্তা আস্বাদন তৌই অমদি শ্রীরাধানা সখীশিংগা লোইননা অহুম ওইবা মবুংঙোগা তিন্নবগী মশক ওইবা সম্ভোগসুখ অহু ফংই ॥ ৯২ ॥

অহুগী মতুংদা লাইরিক লেংবা শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা হায়রি—বৃন্দাবন্দা শ্রীরাধাগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণগী মপান নাইদ্রবা মধুর লীলা অসি মিকুপ থুদিংগী অনৌ অনৌবা ভাবতা ফোং-দোকলকই, ঐদি পিকলবা তোল্লবনি মাহুগী চাওরাকপা মওংদা উৎচবনি ॥ ৯৩ ॥

শ্রীরূপগোস্বামিপাদগী উৎলম্বা লম্বেলগী অমদি মহাক্না উৎপা স্মরণ মঙ্গলগী মতুংইন্না শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রাতঃ (অয়ুক অঙনবা) পূর্ব্বাহ্ন (নুমিৎ য়ুংবা মমাং) মধ্যাহ্ন (নুমিৎ য়ুংবা মতম) অপরাহ্ন (নুমিৎ য়ুংবা মতুং) সায়াহ্ন (সন্ধ্যাগী মতম), প্রদোষ

পাদারবিন্দভৃঙ্গেণ শ্রীরূপরঘুনাথয়োঃ।
কৃষ্ণদাসেন গোবিন্দলীলামৃতমিদং চিতং ॥ ৯৫ ॥
যৈরেতৎ পরিপীয়তে যদি লসত্তৃষ্ণাতিরেকান্মুহু-
র্ব্রহ্মাদ্যৈরপি দুর্গমং ব্রজবিধো লীলামৃতং রাধয়া।
বৃন্দারণ্যবিলাসিনীকুমুদিনীবৃন্দস্য বন্ধুর্ব্রজে
কারুণ্যাদচিরেণ বাঞ্ছিততমং তেষাং তনোতু স্বয়ং ॥ ৯৬ ॥
শ্রীচৈতন্যপদারবিন্দমধুপ শ্রীরূপসেবাফলে
দিষ্টে রঘুনাথদাসকৃতিনা শ্রীজীবসঙ্গোদগতে।

---

( অহিংগী অহানবা শরুক ) মধ্যরাত্র ( নোংয়াইশী মতম ), নিশান্ত ( অহিংগী অরোইবা শরুক ) অসুম ওইনা মতম নিপালগী পুন্নমক ইজরে। ভক্তশিংনা মতিক চাবা হকচাং অমদি শ্রীগুরু-দেবগী য়াথং মতুংইন্না সেবাগী মতিক চাবা সিদ্ধ দেহনা অমদি সাধন তৌবগী ফিবমদা পুকনিংনা লীলা অসি আস্বাদন তৌজগনি ॥ ৯৪ ॥

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামিগী মখোং থম্বালগী খোইমুগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণদাস কৌবা ঐনা গোবিন্দলীলামৃতবু খোমজিনজরে ( লৈহিগুম্না ) অমদি লেংজরে, অমদি খোইমুনা লৈদগী লৈহি খোমজিনবা অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অমৃতগী মপান মাইত্রবা সমুদ্রদগী থরদং খোমজিনজরুবনি ॥ ৯৫ ॥

বৃন্দাবনগী থা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীরাধিকাগা লোইননা লীলা অমৃত স্বরূপনি,( মশক ) অসি ব্রহ্মানচিংবনা ফংবা ঙমদ্রবা অসিগুম্বা গোবিন্দ লীলা অমৃত অসিবু পুকনিংগী খোইদোকনা খোরাংবগা লোইননা মহাক অত্তুনা থকচবা অদু, বৃন্দাবনগী লীলা শান্নরিবীগী মশক ওইবী থরোগী মশক ওইবীশিংগী মরুপ শ্রীকৃষ্ণনা থিন্দনা মহাক্তী নিংজবা কৃষ্ণপ্রাপ্তি ( কৃষ্ণ ফংজবা ) গী ফল শন্দোক-পিগনি ॥ ৯৬ ॥

কাব্যে শ্রীরঘুনাথভট্টবরজে গোবিন্দলীলামৃতে
সর্গোঽয়ং রজনীবিলাসবলিতঃ পূর্ণস্ত্রয়োবিংশকঃ ॥ ৯৭ ॥
ইতি শ্রীকৃষ্ণদাসকবিরাজগোস্বামিবিরচিতং
শ্রীগোবিন্দলীলামৃতং মহাকাব্যং সমাপ্তং ॥

---

শ্রীচৈতন্যদেবগী মথোং থম্বালগী থোইমুগী মশক ওইবা শ্রীরূপগোস্বামীগী সেবাগী মহৈ, পণ্ডিতবর শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামিগী য়াথংদগী অমসুং শ্রীজীব গোস্বামিগী সঙ্গদগী পোকলকপা শ্রীরঘুনাথদাস ভট্টগোস্বামিগী বরগী গুণনা পোকলকপা, শ্রীগোবিন্দলীলামৃত মহাকাব্যগী অসিগুম্বা অহিংগী লীলাগী মশক ওইবা কুনহুমদোইশুবা সর্গ লোইরে ॥ ৯৭ ॥

শ্রীশ্রীগোবিন্দলীলামৃতগী অহোইবগী ২২ কুননিথোই
২৩ কুনহুমদোইশুবা, সর্গ অনিগী মৈতৈরোন্দা
হন্দোকপা লোইজরে।

---

